# প্রাচীন

# ভারতকী ৱারেং



শ্রীইবোমচা শর্ম্মা এম, এ, (মণিপুরী) এম, এ, (সংস্কৃত)।

"If we wish to learn, to understand the beginning of our own culture. If we wish to understand the oldest Indo-European culture, we must go to India, where the oldest literature of an Indo-European people is preserved"

Winternitz



"The Vedas are the production of the highest human wisdom"

Schopenhauer.

# THE PRĀCHĪNA BHĀRATKĪ WĀRENG

( Articles of Ancient India )

By

SANGLAKPAM IBOMCHA SARMA

M. A. ( Manipuri ) J.N.U.

M. A. ( Sanskrit ) K.U.K.

**Publisher ,—**

S Ibomcha Sarma, M. A. (Man.), M. A. (SKT).
Pishumthong Oinam Leikai
P. O. Imphal. Manipur.



N. B.

In this press due to unavailablity of Devanagari—scripts, all Sanskrit 'Slokas are Printed in Bengali scripts

Price Rs 10

**Printed at : —**

Panthoibee Industrial Press
Upper Keishamthong. Imphal, Manipur.

मदीय-परम-पूज्य-शिक्षा-गुरु गोपीकामोहन भट्टाचार्य, एम. ए.
पी० एच० डी० (कलकत्ता), पी० एच० डी० (वियाना) काव्य-
न्याय तीर्थाद्युपाधि समलंकृतस्य, कुरुक्षेत्र-विश्वविद्यालये-
संस्कृत-पालि-प्राकृत-विभागाध्यक्ष-महोदयस्य कर-
कमलयोः भावुक शिष्यस्य तुच्छोपहारः
"प्राचीन-भारतकी बातें" इति
लेखसंग्रहः
सादरं समर्पितः
श्री इबोमचा देव शर्मण (एम० ए० द्वयः)

इम्फाल-नगरे।
वसन्त पूर्णिमायां,
माघ-मासे, १९८१ तमे
ख्रीष्टाब्दे।

# ব্রাহৈ অনী-মরীদং

ভারতকী ভোগাজ তোঙানব রাজ্যশিংগী লোল, সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিদ সংস্কৃত লোলগী প্রভাব হাকথেংনন লাবগুম মধ্য যুগতগী হৌজিক ফাওবদা মনিপুরী লোল, সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিদসু হাকথেংনন অমদি নাকোইনন মসিগী প্রভাব তারক্লি। অহুবু নোংচুপকী শিক্ষাগী প্রভাবন ভারতবর্ষদ সংস্কৃতকী মরাই খর চাইথবগুম ভোই। অদুন হৌজিক্কী মতমগী হৌগংলকলিব মণিপুরগী নহারোলশিংনা সংস্কৃত অসি মপুগী ধর্ম্ম-কর্ম্মগী মতমদ শীজিন্নব মন্ত্রগী লোলত ওইন লৌনৈ। "মসিগী ইম্পোরটেন্স (Importance) অমসুং স্কোপ (Scops) করিনো?" হায়ন তঙ্গন হংনরি। মসিগী অহানব পাউখুমদি দর্শন শাস্ত্র (Philosophy). সাহিত্য (Literature) অর্থ শাস্ত্র (Economics), রাজনীতি (Politics), সমাজ শাস্ত্র (Sociology), আর্য্যু বিজ্ঞান (Medicine), জ্যোতিষ (Astrology) ভাষা বিজ্ঞান (Linguistics), ইতিহাস অমসুং পুরাতত্ব বিভাগ (Ancient History & Archology) নচিংব বিভাগশিংগী পণ্ডিতশিং অমসুং নৈনরোইশিংন পাউখুম পীনবিরসনু। অনীশুবদ ইউরোপকী অথন্নব অমসুং শীংথানরব পণ্ডিত চা কয় কয়ান ১৭ শুব শতাব্দীদগী ২০শুব শতাব্দী হৌগংলকপ ফাওবদ কয়দ কুপ্ন নৈনরম্ব, লোয়নন বৈজ্ঞানিক ওইব মওদ নৈনব অঙকপ পোথোক কয়াগী খুদোল পীরম্ব, পণ্ডিতশিংগী কৃতি (Works) শিংন অনীশুব পাউখুম পীনবীসনু। অহুমশুবদ হৌজিক পৃথিবীগী শক্তি লৈরব লৈবাকশিংন সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজীগী লমদ পৃথিবীবু মীৎকুপ্ত লোইশিনব য়াব অঙকপ ফংব খুংগাইগী লমজেল তান্নরি। মাদুগী ফলন পৃথিবীগী দেশ পুম্নমক প্রলয়গী খয়াত্ত তারগনি হায়বগী মিপাইনহুন হা-হা কার লাওনরি। মতমসিদ বৈদিক যুগতগী ইহুন খনম্নব মানব-কল্যাণগী থবকশিংদ কথোক্লব ভারতন অহিংসা শান্তি

সত্য অমসুং মিত্রতাগী লমজিং মৈরা চুখত্তুনা জগত্ত শান্তি পীরি। হৌজিক্কী জগত্ত পীরিবদান অসিন অহুমশুব পাউথুম পীনবির-সন্থু। ওসিগী ভারতন থকশি-খাশি, গুরু-শিষ্য ব্যবহারনচিংব রাংলকপদগী সমস্যা কয় মায়োক য়ানরি, মসি কোক্লনবগীদমক্তু ভারত সরকারন ভারতকী সভ্যতা-সংস্কৃতিগী লচৈ ওইরিব সংস্কৃত লোলবু মপাঙ্গল কনখৎনব অকনব খোৎরাং লৌখৎলি। মসিগ ইরোয়নন ময়াই চাইথরব মনিপুর সমাজদন্থু লোল অসিদ য়াওব ফজরব লমজিং রাখলশিংবু নৈনবীদুন আদর্শ সমাজ অম ওইহনবীনব আপীল তৌজরি।

শ্রীইবোমচা শর্ম্মা। এম, এ, (মণিপুরী), এম, এ, (সংস্কৃত)।

# হীরম লমাই


| | হীরম | লমাই |
|---|---|---|
| ১। | ভারতায় সাহিত্যগী হৌরকফমদি বেদনি | ১ — ১০ |
| ২। | বৈদিক সংস্কৃত | ১০ — ২৩ |
| ৩। | ঋগ্বেদ | ২৩ - ৩৫ |
| ৪। | ভারতীয় সাহিত্য অমসুং রস | ৩৫ -- ৪৮ |
| ৫। | সাহিত্যগী কান্নব | ৪৮ — ৫৫ |
| ৬। | য়ুরোপকী লৈবাকশিংদ সংস্কৃত তম্বগী ঈহৌ | ৫৬ — ৬৪ |
| ৭। | পালি সাহিত্য অমসুং বুদ্ধগী শিক্ষা | ৬৫ — ৭২ |

# ভারতীয় সাহিত্যগী হৌরকফমদি বেদনি।

ভারতীয় সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী হৌরকফম. হৌরকপগী মতম অমসুং পাক চাওন শন্দোরকপগী ফিভমশিংসি কুপ্প নৈনক-রগা য়াম্ন শেংন খঙবা ঙম্মে : মাহদি বেদ অসি পুম্নমকশিংসিগী হৌরকফম্নি। ভারতীয় ভাষা অমসুং সাহিত্য অসি মফম অমসুং মতমগী মতুং ইন্না শরুক অহুম থোক্না খায়দোকই :—

(i) প্রাচীন ভারতীয় আর্য্যভাষাকাল—খৃষ্টগী মমাং চহি ১৫০০দগী খৃষ্টগী মমাং চহি ৫০০ ফাওব, মসিসু অমুক শরুক অনি থোক্না খায়দোকই :—(a) বৈদিক সংস্কৃত কাল। (b) লৌকিক সংস্কৃত কাল।

(i) বৈদিক সংস্কৃত কাল অসি খৃষ্টগী মমাং ১৫০০ দগী খৃষ্টগী মমাং ১০০০ ফাওব। মসিগী মনুংদ বেদ মরি—ঋক্, যজু ; সাম, অথর্ব, ব্রাহ্মণ, আরণ্যক, উপনিষদ। বেদাঙ্গ ৬—শিক্ষা, কল্প, নিরুক্ত, ব্যাকরণ, জ্যোতিষ, ছন্দ :। (b) লৌকিক—সংস্কৃত—খৃষ্টগী মমাং ১০০০দগী খৃষ্টগী মমাং ৫০০ ফাওব। মসিগী মনুংদ—পুরান, রামায়ন, মহাভারত, ধর্ম্ম, গ্রন্থ, দর্শন, আননাচংব লৌকিক সংস্কৃতকী গ্রন্থশিং।

(ii) মধ্যকালগী আর্য্যভাষা কাল—খৃষ্টগী মমাং ৫০০দগী খৃষ্টগী ১০০০ ফাওব। মসিগী মনুংদ—পালি, প্রাকৃত, অপভ্রংশ সাহিত্যশিং।

(iii) আধুনিক আর্য্যভাষা কাল—খৃষ্টগী ১০০০ দগী হৌজিক ফাওবগী মতম। মসিগী মনুংদ—হিন্দী, বাঙ্গালী, আসামী, তামিল, তেলেগু, মণিপুরী, উড়িয়ানচিংথ লোলশিং। ৫—

ভশেংনমক বৈদিক সাহিত্যশিংবু উপজীব্য ওইনা লৌহুনা চুংগী ভারতীয় সাহিত্য পুম্নমক শেমখি। খুদমগী মথক ওইনা

ভারতীয় সাহিত্যগী পরম্পরাদ বেদশিংগী মতুংদ ব্রাহ্মণ সাহিত্যশিং লাকখি। হায়রিব্বা ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংসি তশেংনমক বৈদিক মন্ত্রশিংগী টীকানি। ব্রাহ্মণ সাহিত্যদ বৈদিক কালগী সামাজিক, রাজনৈতিক ধর্ম্মিক অবস্থাগী মওং ফজন য়েক্লি। মসিদগুম নত্তন লাইরিকশিংদ বেদগী ধার্ম্মিক ভাব ফজনা ফেং দোকই। লোয়নন বেদগী বারীশিংবু নীংথিন ময়োল চোংথংহল্লি। বেদ খুদিংগী মশ মশগী ব্রাহ্মণ সাহিত্য লৈজে। তোঙান তোঙানব ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংদ তুংদ লাকদব ইতিহাসগী মঙান উব ফংই।

ব্রাহ্মন সাহিত্যগী মতুংদা আরণ্যক সাহিত্যশিং লাকই। আরণ্যক সাহিত্যন সহরগী চরাংনবা রাতাররণদগী থাপ্ন অরণ্য (বন) গী অচিকপ অমদি অতপ্ন রাতারণদ নৈনব সাহিত্যনি। বৈদিক যজ্ঞগী অথুপ্প দার্শনিক বিচারশিংতু বানপ্রস্থিশিংন খোমজিল্লমই। মসিগী মতু দ উপনিষদ সাহিত্য অমুক লাকখি। উপনিষদ সাহিত্যন লাকখিবাসি বেদ অমসুং আরণ্যক গ্রন্থশিংবু— আধার ওইনা লৌরগা পোকপকখি। সাহিত্য অসিদা বেদদ য়াওব আত্মা, পরমাত্মা অমসুং ব্রহ্মগী বিচার তৌখি। বেদগী "একং সদবিপ্রাঃ বহুধা বদন্তি' অরেপ্পদি অমুত্তনি ব্রাব্রণশিংন মথল্ল কয় থোক্ল হায়জবতনি' হায়ব একাত্মংত্বগী সিদ্ধান্ত অসি য়াম্ন চেৎন কোংদোকখি। বৈদিক সাহিত্যদ অসিগুম্ব উপনিষদ সাহিত্য অসিগী মমিং বেদান্ত কৌনৈ। তশেংনমক উপনিষদ সাহিত্য অসিদ ভারতীয় ঋষিশিংন চিংলেমব রাথলন আধ্যাত্মিক তত্ত্বশিংবু তশেংনমক খেংনখিবত্তু অথোইব কাল্পনিক অমসুং যুক্তি সংগত ওইন মসিদ খোমজিনখি, তশেংন হায়ব তারবদ উত্তনিষদ সাহিত্য বৈদিক তত্ত্বশিংগী মমল নাইদ্রেব ডেক্সনারি (কোষ) নি। মপোম্নশিংত্তুদ চহি চা কয়াগী রাখল শুন য়াওই।

উপনিষদ সাহিত্যগী মথংদ সূত্রগ্রন্থশিং ইব হৌখি বৈদিক সাহিত্য অসি লুমনব অমদি য়াম্ন মচি ওইব (সারসম্ভিত) শরুক

ওইবন মাহুৎ য়াম্ন লাইন খঙহন্নবগীদমক বেদাঙ্গ সাহিত্যশিং পুথোকখি। শিক্ষা, কল্প, নিরুক্ত, ব্যাকরণ, জ্যোতিষ ছন্দশিংসিনি। মখোয় পুম্নমকশিংসি বেদগী ব্যাখ্যা তৌনবনি। ব্যাকরণ অসি বেদ কৌব পুরুষ অসিগী চিন, জ্যোতিষবু মিৎ নিরুক্তবু নাকোং, কল্পবু খুৎ অনী, শিক্ষাবু নাতোন, ছন্দবু খোং অনিনি হায়ুনৈ। মথক্ত পীরিব সাহিত্যশিংসি বেদবু ব্যাখ্যা তৌবনি। মখোয়গী মথক্তা বেদগী কয় য়াম্ন প্রভাব তাবগে হায়বহ্নু করি অমুক হায়রুগনি। বৈদিক বাঙ্ময়দা নত্তুন সংস্কৃত সাহিত্যগী অখোয়ব পাক চাওরব ইচেল অম লাকখিবসিদ বৈদিক সাহিত্যগী হাকথেংনন নত্ত্রগ নাকেনয়ন ওইরবস্নু অচৌব প্রভাব অম তাই; খুদমগা মশক ওইনা আয়ুর্ব্বেদ, ধনুর্ব্বেদ গন্ধর্ব্ববেদ অসিনাচংবশিং উপবেদ হায়না কৌনৈ। উপবেদ কৌব শব্দ অসিমক্ত বেদগী য়ুক্ষম ওইদুনা তশেংনমক অর্থ অসি ফোংদোকই।

তুংদ লাকদব সাহিত্যদ স্মৃতি গ্রন্থশিংসিনস্নু বৈদিক সাহিত্যবু মথল কয়ামুক্ত ময়োন চোংখংহল্লি। সাহিত্য অসিদ নিয়মশিং কর্ত্তব্যশিং অমদি অধিকারশিংবু য়াম্ন শেংন খায়দোক্লুন রাজধর্ম্ম, গৃহস্থধর্ম্ম, চাতুর্বর্ণ্য ধর্ম্ম, ব্যবস্থাগী সিদ্ধান্তশিং পুথোকতুন মীওইবশিংগী মাদ সাহিত্য অসি পুথাক্লমই। স্মৃতিশিংগী মফম খুদিংদ য়াম্নমক শেংব রাহৈদ অস্নুন্ন ফোংদোক্লম্মী।

"ধর্ম্ম জিজ্ঞাস–মানানং প্রমানং প্রমং শ্রুতি:

................বেদো হখিল-ধর্ম্ম মুলম"

ধর্ম্ম খঙনীংব মীশিংগী অখোইব পামবৈদি বেদনি। বেদন ধর্ম্ম পুম্নমকী মরুনি। স্মৃতিগী অসিগুম্ব রাহৈশিংসিমকন য়াম্ন শেংন ফোংদোক্লি, মত্তুদি স্মৃতিদ বৈদিক সাহিত্যগী মহত্ব অদু য়াম্না চাওন লৈ। বিদ্বানশিংগী মতুদি স্মৃতি অসি বৈদিক সাহিত্যগী অপাম্বহু মমূং শন্দোক্ত তাকই। ভারতীয় সাহিত্যদ বৈদিক সাহিত্যগী প্রভাব কদায় ফাওব তাবগে হায়বহু য়াম্ন শেংন ফোংদোকই।

লৌকিক রামায়ণ, মহাভারত অমদি মতুংগী সাহিত্যশিংদ বৈদিক সাহিত্যগী প্রভাব কদায় ফাওর তাবগে হায়রবদু অমুক নৈনদুন য়েংসি। রামায়ণ অমসুং মহাভারত লাইরিক অনিসিংমকত বৈদিক আদর্শবাদ, আচার-বিচার, অমসুং ভারতীয় পরমপারাগী সিদ্ধান্ত "যথা ধর্ম্ম তথা জয়" ইতিহাসগা লোয়নন তিন্নদুন শেমদোক্লগা ঐখোয়গী মাংদ থনম্মী। মীয়ামদ মখোয় অসিগী শক্তম অদু য়াম্নমক শেংনা উৎলি। শম্ম হায়রবদ বেদগী সম্মত ওইরব আচার-শাস্ত্রগী লাইরিকশিংসিন মীয়ামদ শীজিন্নবগী মওং অদু য়াম্না শেংনা উৎলি।

রামায়ণ অমসুং মহাভারতন মখোয়গী তুংদ লাক্লদব সাহিত্য পুন্নমক্কী লঙ্গ ওইরম্মী। মতুংগী চাওরব ঈচেল অদু ঙসি ফাওব তত্তুন চেন্থরি, পুরাণ অমসুং ধর্ম্ম শাস্ত্রশিংগী পাক চাওরব সাহিত্যশিংসি বেদগী করিগুম্বা লমথুংঙম অমদি শোয়দন য়ৌননব হোৎনরম্মী। খুদমগী মশক ওইন ভাগবতকী রচনা অসিসু বেদ অমসুং উপনিষদকী মচি ওইব শরুক্তবু লৌথৎলগ শেমখিবনি।

লৌকিক সাহিত্যগী বারীশিংগী মরু ওইব ঈফুৎ অসি বৈদিক সাহিত্যনি। উর্বশী পুরুরবাগী বারী, বিষ্ণু অমদি বামনগী বারী তোঙান তোঙানব মওংদ তোঙান তোঙানব সাহিত্যশিংদ পাক চাওন য়েক্লি। ঙসিগী অয়াম্ব নাটকতা রামায়ণ অমসুং মহাভারতকী বারীনা কথানক ওইখি। মখোয়গী মূল কথাদি বেদনি। পৈশাচিক ভাষাগী মমিং চৎলব লাইরিক বৃহৎকথাগী কয়ামুক ওইব শরুকশিংদ স্বতন্ত্র ওইন রচনা তৌখি, তৌইগুম্বসুং মাত্র বেদগী প্রাচীন পদ্ধতিদ য়ুম্ফম ওইখি। ধর্ম্ম বক্তাগী অকনদ আস্থা নিরূপণ, চাতুর্বর্ণ্যগী পুণরাবৃত্তি অসিনচিংবদ বেদগী প্রভাব কয়ামুক তাখি।

বৌদ্ধ সাহিত্যদসু সদাচারন মপুং ফৈরব ব্রাহ্মণশিংগী পূজা তৌনৈ। শ ওদবা অশাওববু হুং তৌব, সত্য, অহিংসা, প্রিয়বচন সদাচারনচিংব শিংসি বৈদিক শিক্ষানি। যজ্ঞগী অতি (অহেনব) থিংনবগীদমক্তা ভাক্তগী পরম্পারা লৌবসি উপনিষদ সাহিত্যন মরম ওইহুন পাংথোক্লম্মী।

বৌদ্ধ ধর্ম্মদসু বর্ণব্যবস্থা অমগ যজ্ঞগী অথিংবসি লৈতে, তৌইগুম্বসুং যজ্ঞন নিসিঙ ওইহুনা তৌব হিংসাতবু বিরোধ তৌখ। বৌদ্ধ ধর্ম্মগী নৈতিক সংস্কৃতাদ অসিগুম্ব খুদম কয়ামুক ফংই। বৌদ্ধ ধর্ম্মসি বৈদিক ধর্ম্মগী বিরোধ নত্তে, বেদিক ধর্ম্মবু শেংদোকপ পাম্বনি। আপ্ত বাক্য (বেদবাণী) গী প্রমাণিকতা জৈন অমসুং বৌদ্ধ অনীমকসু যাই। গুরুগী মতিক মগুণ, জ্ঞানগী পান্দম অসি চিংবাসংশি বৈদিক মান্যতানি। ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংদ দুঃখনাশ অসে পামই, মসিমক বৌদ্ধ অমসুং জৈন অনীমকসু পাম্মী। তৃষ্ণা (পোৎসবে) মাংহনবানি উপনিষদকী তত্ত্বনি অসিগুম্ব তৃষ্ণা লোকহনবসি বুদ্ধ ধর্ম্মগা মুখ্য শিক্ষানি। মতৌ অসুম বৈদিক সিদ্ধান্তশিংবু বৌদ্ধ অমসুং জৈন অনীমক্না সমর্থন তৌই।

দর্শনগী মখল তরুক্কী মনুদা বেদান্ত অমসুং মীমাংসা অনীম উপনিষদকী বিচারধারা লোৎদোবই; বৈশেষিক অমসুং ন্যায়ন বেদশাস্ত্রবু ঈশ্বরগী রচনানি লৌহুনা শব্দ প্রমাণগী প্রমাণিকতাসি য়ারম্মী। সাংখ্য দর্শনসু অনুশ্রাবিক যজ্ঞশিংবু য়াই। তৌইগুম্বসুং অনিত্য সুখগী মহুত্তা নিত্য সুখদবু পাম্লম্মী। যোগনসু যজ্ঞগী মহত্বসি স্বীকার তৌই। দার্শনিক সাহিত্যদ নাস্তিক হায়না খণ্ডন-রিব কাংলুপ অসি বৈদিক সাহিত্যগা অসুম মরী লৈনৈ, মাহুদি বেদগী প্রমাণ্য অসি লৌহুন চংলি।

নাট্য সাহিত্যগী জীবন কহানীদ ভরত মুনিগী রাক্ষম অস্ত্রমক্তা বৈদিক প্রভাবকী লারব থুদম্মি। ঋগ্বেদগী নিয়ম

বস্তু, সামবেদদগী সঙ্গীত, যজুর্বেদদগী অভিনয়, অথর্ববেদদগী রস লৌরগ শেমখিব মঙাশুব বেদদি নাট্যনি। মসিগী অর্থদি "নাট্য অমসুং কাব্যনচিংব ভারতীয় সাহিত্য পুম্নমক বেদদগী পোকখিবনি"।

হৌজিক্কী মতমগী হিন্দী অমসুং সংস্কৃতগী সমালোচনাগী খবক তৌরিবশিংন সাহিত্যিক বিধা পুম্নমক্কী হৌরকফম বেদশিংদ থিননবগীদমক্ত য়াম্ন কন্ন হোৎনৈ। কয়ামুক ওইবা সাহিত্যিক বিধাশিংগী হৌরকফম বেদশিংনি হায়রন লৌনৈ।

ভারতীয় জীবন্দ তপোবনগী মহত্ব কয় য়াম্ন চাওনগে, মসি কনাদসু লোৎপ য়াবরাক্ম নত্তে। কয়ামুক ওইব গুরুকুলশিং অমসুং বিদ্যাপীঠশিং লিংখৎপসি তপোবনশিংদ হৌখি। পুরাণ-শিংগী ক্ষেত্র-মহাত্ম্য মসিগী মখেনি। হিন্দীগী প্রসিদ্ধ কবি তুলসীদাসন মাগী রামায়ণদ বৈদিক সাহিত্যগী মতিক মগুণশিং শীংথারম্মী। মান অসুম্ন হায়খি :—ঐনা মনাল মখা অনাম্ব বেদ পুরানশিংগ সম্মত ওইন ঐগী কাব্যগা রচনা তৌখি। ডাঃ আঙ্গলদেবন অসুম্ন ইরম্মী—ভারতকী ভেতাং তোঙানবা প্রান্তীয় ভাষাশিংদ ধার্মিক, সাম্প্রদায়িক, দার্শনিক সাহিত্য ইখিবশিংগ বৈদিক সাহিত্যগী ঈচেলশিংগ করিগুম্ব অম নত্রগ অমদি শোয়দন মরি লৈনৈ।

ভারতীয় জন-জীবনগী মুমিং খুদিংগী ওইব পবনশিংদ বৈদিক সাহিত্য চঙই। অদুনদি অসিগুম্ব সমাজন শাখিব সাহিত্যন মাগী মথক্ত লৈখিব অমর সাহিত্যগী প্রভাব অতৎ অথম নাইদনা ভারি। ভারতীয় আর্য্য অমগী জীবনসি মমাগী গর্ভধারণ তৌবদগী হৌদুন শিবগী সংস্কার ফাওবদ হৌখিব যুগকী বৈদিক সাহিত্য-শিংগী পরম্পরাগী ওইব ধার্মিক সংস্কার পূম্নমক চৎনদুন ভারতীয়

অম ওইবগী মশক তাক্লি। উসিগী বিশ্ববিদ্যালয়শিংদ "অসতো মা সদ্গময়, তমসো মা জ্যোতির্গময়" ফত্তবদগী অফব লম্বীদ, অমম্বগী অজ্ঞানবদ ঐবু পুবিয়ু" দীক্ষান্ত সমারোহগী মতমদ "সত্যং বদ, ধর্ম্মং চর" অচুম্ব ঙাংউ, ধর্ম্ম চৎলু, অসিনচিংব পাউতাক শিংসি বৈদিক সাহিত্যদ য়াওরিবনি।

আধুনিক ভারতীয় প্রান্তীয় ভাষা অমসুং সাহিত্যশিংগী মুখ্যম অসি বৈদিক ভাষা অমসুং সাহিত্যদ ওইহৌনা লাকই হায়বসি মথক্কে শক্লা নৈনখ্রে। হৌজিক মণিপুরী সাহিত্য অমসুং জন-জীবনদ বৈদিক সাহিত্য অমসুং বৈদিক পরম্পরাগী প্রভাব কয় য়াম্না তাবগে হায়বহগী মতাংদ তেল্লপ নৈনহৌনা য়েংসি:—

মনিপুর অসি ভারত মহাদেশগা তংনা থানব য়াদ্রবা শরুক অম ওইহৌনা লাক্লি। অদুনা মনিপুরী লোল, সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিদ বৈদিক ভাষা সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী শৈথেল অসি অতোপ্পা প্রাদেশিক ভাষাশিংদ তাবগুম্ন ফজনা তাহনা নৈরি। মসিমক্ মনিপুর অসি ভারত মহাদেশগা তংনা থানব য়াদ্রবা শরুক অম ওইরবনি। মনিপুরী লোলদ অ-মেলহৌনিংদগী হৌনা সংস্কৃত লোলগী প্রভাব অসি খোল্হোক অমদি ভাষাদ থংগী মশৈদ তাই। অদুগা মধ্যাকালগী হৌরমদদি বঙ্গলা সাহিত্যগী অতৈবা শৈথেল অমনা মশাগা সংস্কৃতিগা শাগোম্লহৌনা মনিপুরী তম্পক্কে লাকখি। মাহুদগীদি হৌনগী লৈরম্ব লোলগা য়াল্লখিহৌনা সংস্কৃত ঙা মনিপুরী লোল অসি ওইখি। কবিগুরু লম অমদ কবিগুরু অতোপ্পা লম অমগী লোল অম চংলকপ হায়রবসি চালক্লিব লোল অদুগ শাগোম্ন-রিব ধর্ম্ম, সংস্কৃতি, সভ্যতা, আচার ব্যবহার অমসুং সাহিত্য-নচিংবু পূম্নমক লাকপ তাবনি। খুদমগী মশক ওইনা হায়রবদ মুস্লিমশিংনা লান্দারক্কুন মখোয়গী খুৎমা চংখিবদগা হায়গী ভারতকী লোল, সাহিত্য সংস্কৃতিনচিংব পূমমক্ক মুস্লিমশিংগী লোল অমসুং

সংস্কৃতিগ শাগোন্নদুন ভারতবর্ষদ লাকখি, মদুগী মহৈগ মশক্ক ওইনা উহৃ কৌব লোল অসিনক পোকখি। মথংদ অংগ্রেজীশিংগী লোল লাকখিবদগী অংগ্রেজীগী সভ্যতা, শিক্ষা, আচার ব্যবহার, খিজেৎ-চাকচানচিংবু পুন্নমক ভারতবর্ষদ তাহনা ঐখোয়গ। হায়গী লৈজরম্বশিংগ তিন্নদুন অনৌব মওংগী ভারতকী সভ্যতা সংস্কৃতি-নচিংব হৌজক ওইরিবসিনি।

মনিপুরী লোলদসু মধ্যকালগী মতমদ বঙ্গলা লোলদ শাদোং ওইব সংস্কৃত ভাষা অসি মনিপুরদ চংলকপদগী হৌনা হৌজিক ফাওবদ মনিপুরী সাহিত্যদ করিগুম্ব অরুব রাহৈ অমগী ব্যুৎপত্তি থিবদ মনিপুরীগী অরিব লোল নংলমদ্রবদি মচু সংস্কৃত রাহৈ শোয়দনমক ওই। মসি হৌজিকী মনিপুরী লোলন মাদুগী লারব খুদমনি। সংস্কৃত মিঠু বঙ্গলাভাষান হেক লাকপদগী হৌদুন মনিপুরীশিংগী লোল অমসুং সাহিত্যদসু ভক্তি সাহিত্য অমসুং সংস্কৃত পরম্পরাগী ওইব কাব্যগী বিশাসিং (মখলশিং) ময়েক শেংনা উব ফংখি। মধ্যকালগী মনিপুরী সাহিত্যগী লাইরিকশিংনা মসগী লারব খুদম অমনি। মথংদ হৌজিকী মনিপুরী সাহিত্যগী যুগতসু ডাঃ কমল, অঙাহল চাউবনচিংবগী মতমদ থোরকপ সাহিত্যগী পোথোক পুন্নমক থুগায়দুন য়েংলবদি রারীন মানপুরী পরম্পরাগী ওইরবসু সাহিত্যগী যুক্করদি সংস্কৃত সাহিত্যগী রামায়ণ, মহাভারত, কথা-সাহিত্য, নাট্যগী পরম্পরাদ ইদুন থনম্ব উহাক্তনি। খুদমগী মশক ওইন হায়রবদ অঙাহলগী "থম্ব-থোইবী শৈরেং" অসিমক ভারতীয় অলঙ্কার শাস্ত্রগী মহা কাব্যগী যুক্তমদ শাগৎখিব উহাক্তনি। বৈদিক পরম্পরাগী মতুং ইন্না "ধর্ম কান্নদবন জয় ওইব" হায়রবসি ময়েক শেংনা উংলি। খাইরাকপম চাউবগী "লবঙ্গ লতা" উপন্যাসদ ভারতীয় পরম-পরাগী চংনরী হুপী রাজোদগী লৈবাক্কী রাথোক অমদি লালগী

মরুনি হায়বন্থ শেংন উৎলি। মসিমক রামায়ণ, মহাভারতকী রারীগী পরম্পরাদু ঙাক্নুন চৎলি হায়বসি ফজন তাক্লি। ডাঃ কমলগী "মাধবী" উপ্যাস স্বার্থত্যাগ" তন পূন্নমক্তগী অরাংব থ'ক্লি হায়বন্থ উৎলি। রামায়ণ, মহাভারতকী রাজা শিবি, দাতা কর্ণনচিব ত্যাগী শিংগী রারীবু নীংশিংহল্লি। অঙাংহলগী "জহেরা" উপন্যাস বেদগী ফজরব শাউত্তাক "বসুধৈব কুটুম্বকম," পৃথিবী পূন্নমক জাতি বিজাতি থায়দন ইমুং অমত্তগী সদস্য ওহাক্নি হায়বগী ফজরব সিদ্ধান্তবু লৌথুন মশিং য়ামত্রব কাংলুপশিংবু অমত্ত ওইন লৌশিন্দুন অমদি তিন্নথোংনদুন লৈমিন্নব উৎলি। "মেঘনাদ বধ" "কংশবধ" মেঘদূতনচিংব সংস্কৃত মহাকাব্যগী অমদি বঙ্গ বাব্যগী অনুবাদ কয় মুক পুনশিল্লি। বৈষ্ণব সাহিত্যগী পরম্পরাগী ফজরব "বৈষ্ণবপদাবলী" নরোত্তম ঠাকুরগী "লালসা" নচিংব ভক্তি সাহিত্য কয়াগী খুদোলশিং হৌজিকমক মনিপুরি সাহিত্যদ তঙনা থোক্লি। সংস্কৃত সাহিত্যগী অলঙ্কার শাস্ত্রগী নিয়ম পূন্নমক ঙাক্নুন চৎলব লাইরিক কয়ামুক ঐখোয়গী লৈরেদ লৈরি। অমুক্ত মধ্যকাল অমদি আধুনিক কালগী সাহিত্যশিংদ বৈদিক সাহিত্যগী আদর্শ অসি চাকথেংনন ওইরবশু নত্রগ নাকোইনন ওইরবশু মমি তাই হায়বসি সমালোচক পূন্নমক্ত শেংদন থংবিব ওমগনি।

হোয়, হৌজিকী মতমগী মনিপুরী সাহিত্যদ মতম খর হায়বদি ওসিদগী চহি নিফুমুক্তী মনুংসিদ বঙ্গলা অমদি সংস্কৃতকী মথুত্তা অংগ্রেজীন লৌখিবদগী অংগ্রেজী সাহিত্য, সভ্যতা অমদি সংস্কৃতিগী প্রভাব থরদি তাররি। অদুম ওইনমক আ-মনুং হুঞ্জিন ঐখোয়গী লু-তোংদ চংবমকফাওবদি, ওমদ্রি অমদি ওল্লোই।

ঐখোয়গী আ-য়েলহৌঙৈদগী লৈরক্লব সংস্কৃতি, সভ্যতা, ধর্ম্মনীতি পূন্নমক অসি ঐখোয়গী অহল লম্মনগী ঈদ-হোংদ

চুহুন লৈরি। অহুন ঐরোয়গী মনিপুরীগী সাহিত্যদ ভারতীয় সাহিত্যগী হৌরকফম ওইরিব বৈদিক ধর্ম্ম, সংস্কৃতি, আচার-ব্যবহার পুম্নমক য়াওহুন লৈরি অদি লৈরকখিগনি। মাদুগুম্না ভারতীয় অম ওইবগী তংনা থানবা য়াদ্রব লাইবক খুদিন অম চংকহুন লৈরি।

মতৌ অসুম্ন মথক্কী তেল্লব শব্দম খরসিদগী থগুলে, মাহুদি আ-বৈদিক কালদগী হৌরদুনা আধুনিক যুগ ফাওবদ চেঙ্গরক্লিব ভারতীয় ভাষা অমসুং সাহিত্যশিংদ বৈদিক সাহিত্যগী মৌলিক প্রভাব তাই হায়বসি স্বতঃ সিদ্ধ ওইরবা য়াফম।

## বৈদিক সংস্কৃত

বৈদিক সংস্কৃত নৈংদ্রবৈগী মমাংদা সংস্কৃত শব্দকী বুৎপত্তি (Etymology) হন্না নৈনরগা মসিগী ওইনা সুম্না খংবা য়েগনি। "সংস্কৃত" হায়বসি সম্ উপসর্গ (prefix) দা লৈবা "কৃ" ধাতুদ কৃদন্ত (secondary suffix) গী 'ক্ত' প্রত্যয় শোরগা থোরকপ য়াহৈনি। মসিগী অর্থদ শেংদোক্লব অমদি অমোৎপ লৈত্রব লোল হায়বনি। হায়রিব লোল অসিদ ম্লেচ্ছ ভষা (অতোপ্পা হন্থব কা লুপকী লোল) য়ানশিনদ্রব হায়বনি। সংস্কৃতবু দেব ভাষা, দেববানী হায়না কৌনৈ। দেব হায়বদি বিদ্বাংসো হি দেবাঃ" পণ্ডিতশিংবু দেব কৌই পাণ্ডিতশিংগী ভাষানি হায়দুনা লোল অসিবু দেব ভাষা নত্রগা দেববানী হায়না খংনৈ।

সংস্কৃত অসি মতমগী মতুং ইন্না শরুক অনী থোক্ত খাইদোকই :—

(i) বৈদিক সংস্কৃত (Vedic Sanskrit) খৃষ্টগী মমাং চহি ১৫০০ দগী খৃষ্টগী মমাং চহি ১০০০ ফাওব। বৈদিক সংস্কৃতকী

শ্রুতি, নিগম — বেদবু শ্রুতি হায়নস্সু কৌনৈ। মসিগী মরমদি গুরু অমস্নুং শিষ্য পরম্পরাদগী নীংথিন তাক্লুন থম্লরকই। পরম্পরাগী নিয়ম মতুং ইন্না গুরুন শিষ্যশিংদ চিন্না তাক্লুন অমদি শিষ্যন মহু নাকোংন মু। তারগ, মহুগা মরমদ নীংথিন নৈনরগ গুরুন তাক্লকপ রাকমশিংদু হৈবাই কাইদনা, স্বর অমসুং খোঙ্গোক কায়দনা ফাহুন লৈব অহুবুনি। বেদবু নিগম হায়নস্সু খঙনৈ। নিগমগা অর্থাদ অর্থগ কোন্নব হায়বনি। বেদশিংবু অপাম্বগ লোয়নন নীংথিন মরী লৈনব অদোইব অর্থ তাকপ মরম্না "নিগম" হায়ন কৌনৈ।

বেদগী মখল :— বৈদিক সাহিত্য অসি খুদোংচাবগী মতুং ইন্না শরুক মখল মরী থোক্লা খায়দোকই—(i) বেদশিংগী সংহিতা, (ii) ব্রাহ্মণ গ্রন্থ, (iii) আরণ্যকগ্রন্থ, (iv) উপনিষদ্।

বৈদিক সংহিতাসি মখল মরী থোকই :— ঋগ্বেদ, যজুর্বেদ, সামবেদ, অথর্ববেদ। বেদ খুদিংমক্কী তোঙান তোঙানব ব্রাহ্মণ; আরণ্যক অমস্নুং উপনিষদ লৈ। সংহিতাশিংদ স্তুপ্নগী মন্ত্রশিংত ই। মহু দেবস্তুতি অমস্নুং তোঙান তোঙানব যজ্ঞশিংগী মতমদ পানৈ অমদি শীনৈ। ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংদ মন্ত্রগী বিধিগী শরুক অহু ব্যাখ্যা তৌই। আরণ্যক গ্রন্থদ বানপ্রস্থগী অবস্থাদ মীওইবন বন্দ চংকদব মরমশিং তাকই। উপনিষদশিংদ আধ্যাত্মিক অমস্নুং দার্শনিক সিদ্ধান্ত নৈনৈ।

বেদশিংদ মরুওইন ছন্দ ১৪ থক শীজিন্নৈ। মহুগী মন্নুংদ মরুওইন ছন্দ ৭ থক শীজিন্নৈ। বেদশিংদ বর্ণবৃত্তশিং শীজিন্নৈ, মাত্রিক ছন্দশিং শীজিন্নদে। ছন্দ খুদিংগী মশিং থীবসি পাদ নত্রগ চরনগী মতুংইন্না থিনৈ। বেদদ গায়ত্রী ছন্দন মরুওইন শীজিন্নৈ। অনুষ্টুপ ছন্দ থর তান্না শীজিন্নৈ। গায়ত্রীগী মতুংদ ত্রিষ্টুপ অহুগী মতুংদ জগতী শীজিন্নৈ।

বৈদিকস্বর :— বেদ মখল মরীমক্তা স্বরগী খুদম শীজিন্নে। বেদ মরীদ নত্তন ব্রাহ্মণ, আরণ্যক, উপনিষদশিংদস্থু স্বর চিহ্ন তাপ্প খেংনৈ। স্বর মখল অহুম ওই—উদাত্ত, অনুদাত্ত, স্বরিত। উদাত্তগী অর্থদি অরাংব স্বর অমুদ ত্তগী অর্থন অনেম্ব স্বর, স্বরিতন ময়াই ওইব স্বর। উদাত্ত স্বরন খুদম করিমত্ত হাপ্তে, অনুদাত্ত স্বরগী মখাদ অফেব লৈয়ি, স্বরিত স্বরগী মথক্ত চুম্ন চিংব লৈয়ি লৈগনি। সা-বেদদ লৈবি চিংদহুন উদাত্তনচিংবগী খুদম পীদহন মশি, ওইন ইনৈ। উদাত্তগীদমক্ত ১, স্বরিতগী-দমক্ত ২, অনুদাত্তগীদমক্ত ৩। ঋগ্বেদ স্বরিত স্বরগী মতুংদ লাকপ অনুদাত্তশিংন্থ প্রচয় কৌই, মহুদ স্বরগী খুদম হাপ্পদে।

বেদগী পাঠ তৌবসিস্থ (i) সংহিতা পাঠ (ii) পদ পাঠ, অস্থুম্ন অনীথোক্ত খায়দ কই।

ঋগ্বেদ :— ঋচ্ (ঋক্) কী অর্থদি স্তুতি তৌনব মন্ত্র হায়বনি। ঋচ্যতে স্তূয়তেঅনয়া ইতি ঋক্। ঋগ্বেদদ তোঙান তোঙানব দেবশিংগী মঙ্গম চান স্তুতি তৌনব তাকই। ঋচা-শিংসি ঈশ্বর কৌবদ শীজিন্নে। অহুগুম্ব ঋচ শিংগী অপুনব অহুগী মমিং ঋগ্বেদ সংহিতা হায়ন কৌনৈ। হৌজিক ঋগ্বেদগী শাকল কৌব শাখা অহুতমক ফংই। অসিগুম্ব শাকল সংহিতা অসি মাইকি কয়াগী মীংয়েংদ মপুং ফারব অমদি থোইদোক্ত মগুণ লৈরব অমনি। মসি সংসারগী সাহিত্যশিংগী মনুংদ খ্বাইদগী চাওরব অমদি লীরব, লোয়নন গুণ কয়ান লৈতেংলব গ্রন্থনি। ভারতীয় অমদি পাশ্চাত্য বিদ্বান্‌শিংন বেদব্রহ্মগী উপাসনা তৌন-রম্মী। মহুগী ফলন খ্বাইদগী লীরব সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী ইতিহাস ফংব ঙমখি। লাইরিক অসি খ্বাইদগী মতিক মগুণ হেনবগ লোয়নন খ্বাইদগী চাওব বেদনি। যজুঃ, সাম, অথর্ব,

অহুমগী অমুংবগ মতোংগ য়েংনবদ, মতোমতন হেন্না চাওই। মসিদ মণ্ডল ১০, সূক্ত ১০২৮ অমসুং মন্ত্র ১০৫৫২ লৈ।

যজুর্বেদ :— যজুর্বেদকী যজুষ, শব্দ ব্যাখ্যা কয়ামুক পোক্লে লৈ। পূর্বমক্তগী "ইজ্যতেঅনেনেতি" যজুঃ অর্থাৎ কোন পুরোহিতনা যজ্ঞগী মতমদ পীব মন্ত্র অদুবু যজুর্বেদ হায়না কৌনৈ ( যজ্ঞগা মরি লৈনবা মন্ত্র অদুবু যজুঃবেদ কৌই )। যজুর্বেদ অসি গদ্যাত্মক মন্ত্রশিনি। যজুর্বেদ অসি মখল অনী থোক্ন থায়দোকই :— (i) শুক্লযজুর্বেদ, (ii) কৃষ্ণযজুর্বেদ। (i) শুক্ল-যজুর্বেদবু শুক্ল কৌবগী অর্থাদ মসিদ শুপ্নগী মন্ত্রশিংগী শরুক্কমক য়াওই। (ii) কৃষ্ণযজুর্বেদদ মন্ত্রশিংগ লোয়ননা ব্যাখ্যা অমসুং মহৈ শীজিন্নবগী শরুকশিংগ কোম্না য়াওই।

সামবেদ :— সামনগী পেশেংবা অর্থাদ ইশৈ হায়বনি। ঋগ্বেদগী মহাক অমত থাইদাপ ইশৈশিংগী মচুংদ শক্রদি, মদুদু সামন্ (সাম) কৌই সা-ঋক্-অমন্-গীতি=সামন্ হায়বদ সাগী অর্থাদ ঋগ্বেদ অমসুং অমন্গী অর্থ ইশৈ, অদুনা অনী-ক্ষা তিন্নবা অর্থ অদু "সামন্" নি। সামবেদগী অপুনবা মন্ত্র ১৮৭৫ থক্লি। মসিগী মনুংদ ১৭৭১ না ঋগ্বেদগী মন্ত্রনি, শুপ্নগী ১০৪ না অনৌবা ওইনা হাপচিল্লকপনি।

অথর্বন্ বেদ ( অথর্ব বেদ ):— মসিগী অর্থ অসি য়াম্না পাকচাওনা লৌনৈ। অথর্বন্ কৌবা ঋষি অদুগী মমিং লৌদুনা অথর্ববেদ হায়না কৌনৈ। জাদু-ভূত-প্রেত তানথোক্লনবা মন্ত্রবু অথর্ববেদ হায়না কৌনৈ। বেদ অসিদ মরু ওইনা য়েক্লবা জয় তৌবা, অনাবা ফোক্লনবা হোংনবা, ভূত-প্রেত মাংহনবগা মরি লৈনবা মন্ত্র ওইনা তৌই।

ব্রাহ্মণ গ্রন্থ :— ব্রাহ্মণ গ্রন্থ কৌবগী মরম অহুমথক পীরি। (i) ব্রাহ্মণ=ব্রহ্মন্গী অর্থদি মন্ত্র হায়বনি, মন্ত্রশিংগী অর্থ অমদি

মাহু শাক্তিজিন্নবগী থনক পা যোকপদগী ব্রাহ্মণ গ্রন্থ হায়ন খঙ্গনৈ। (ii) ব্রাহ্মনগী অর্থদ যজ্ঞ হায়বসু খঙ্গনৈ, যজ্ঞশিংগী ব্যাখ্যা অমসুং বিবরণ তাকপা লাইরিকশিংবু ব্রাহ্মণ হায়বসু খঙ্গনৈ। (ii) ব্রাহ্মনগী অর্থদি রহস্যসু অই বৈদিক রহস্যশিংবু ফোংদোকপা লাইরিকশিংগা মমিংবু ব্রাহ্মণ গ্রন্থ হায়ন খঙ্গনৈ।

আরণ্যক গ্রন্থ:--- সায়ণনা তৈত্তিরীয় অমসুং ঐতরেয় আরণ্যকশিংগী ভাষ্যদা আরণ্যককী অর্থ তাকলা তৌবদুগী--আরণ্য (বন) দা ওইবা অমসুং তপস্যা অজুবু আরণ্যক কৌই। মাসিদা আত্মা, দ্যা, তত্ত্ব-চিন্তন অমসুং রহস্যময় ওইবা বাখল শিংগী পন্ থোক্লি। হায়ারবা লাইরিকশিংসি গৃহস্থ জীবনগী হন্দোক্লবা মতম লৈরবা বানপ্রস্থশিংগী দমগুনি। মখোয়শিংসিনা বন দা লৈদুনা মনন, চিন্তন, জপ, তপ অমসুং ধার্মিক কার্য্যাদি পুক্নিং লুপ্লমই। মাসিগুম্বা বিয়াশিংসিগীদমক্তা সহরগী ব্রহ্মচর্য থক চুংদে।

উপনিষদ:- উপ অমসুং নি উপসর্গ পূর্বদা লৈবা সদ্ ধাতুদা ক্বিপ্ প্রত্যয় তৌরগা শোরকপা বরহেন। উপ—মনাক; নি অবেপ্পা লৈগা থাজবগা লোয়নবা সদ্—কম্ম। মরম অসিনা মসিগী অর্থদি তত্ত্বজ্ঞান ফংনবগীদমক্তা গুরুগী মনাক্তা লোল মুকপগা লোয়নবা ফম হায়বনি। অসিগুম্বা তত্ত্বজ্ঞানশিং ফোংদোকপা লাইরিকশিংসিগী মমিং উপনিষদ্ হায়না কৌনৈ। উপনিষদকী অর্থ দা ব্রহ্ম বিদ্যাসু ওই। শংকরাচার্য্যনা উপনিষদপু অবিদ্যা-নাশ (থৎদববু থৎহনবা) অমসুং ব্রহ্ম ফংবা, অহমসিগী অর্থ লৌদুনা ব্রহ্ম বিদ্যা ফোংদোকপা লাইরিকতা হায়না তাক্লম্মী।

বেদাঙ্গ:— বেদশিংগী অশেংবা অর্থ খঙ্গনবগীদমক শাক্তিজিন্নরিবা সাধনশিংবু বেদাঙ্গ হায়না কৌই। বেদাঙ্গশিংনা মরম ওইদুনা মন্ত্রশিংগী অর্থ, মখোয়গী ব্যাখ্যা অমসুং যজ্ঞদা চিংবদা শাক্তিজিন্নবগী মওং অদু খঙ্গহল্লি। অহানবদা বেদাঙ্গশিংসি স্বতন্ত্র বিষয় অম

ওইদনা বেদ নৈনবগীদমক্তা হেন্দোক খোইদোক্না কাম্নবা শরুক অমা ওইরম্মী। মতুংদা সখোয়শিংসি তোঙানবা বিষয়শিং ওইরকখি। বেদাঙ্গ মখল ৬ থোক্না থাদোকই :— (১) শিক্ষা (২) ব্যাকরণ, (৩) ছন্দঃ, (৪) নিরুক্ত, (৫) জ্যোতিষ, (৬) কল্প। পাণিনীয় শিক্ষাদ বেদপুরুষকী কয়াং ৬ শৈ হায়না তাক্লম্মী :—ছন্দনা বেদ-পুরুষগী খোং, কল্পনা খুৎ, জ্যোতিষনা মিৎ, নিরুক্তনা নাকোং, শিক্ষানা নাতোন অমসুং ব্যাকরণনা চিনা।

(i) <u>শিক্ষা</u> :— সায়ণনা ঋগ্বেদভাষ্য ভূমিকাদ শিক্ষাগী অর্থ অসুম্না পীরম্মী :— অদুগুম্বা বিদ্যা অদুদা স্বর, বর্ণ অসিনচিংবগী উচ্চারণগী মরমদা নৈনবা মতৌ শিক্ষা হায়না কৌই। করম্বা ময়েক্না করম্বা মফমদগী থোকপা ওইরকপগে, মতেক করম্বা য়াম্না মশাগী শক্তিশিংদু করম্বা মওংদা থায়দোকপগে, হকচাং মনুংগী চুংশিং-শিংদা করম্বা বর্ণগী মশক অইনা থোক্লকপগে, স্বর করম্বা য়াম্বগে, করম্বা স্বরনা মতৌ করম্বা, করম্বা সেম্বোক ওইরকপগে? অসিনচিংবগী মরমদা য়াম্না ফজনা নৈনৈ মসিমক বৈজ্ঞানিক মতমগী ভাষা বিজ্ঞান (Linguistics) হায়বা বিদ্যা মখল অসিগী হৌরকফম্না।

(ii) <u>ব্যাকরণ</u> :— ব্যাকরণগী ব্যুৎপত্তি অসুম্না পীরি, "ব্যাক্রিয়ন্তে বিবিচ্যন্তে শব্দ (প্রকৃতি প্রত্যয়াদয়) অনেনেতি ব্যাকরণম্," বিদ্যা অদুনা প্রকৃতি অমসুং প্রত্যয়গী মরমদা নৈনবা, অদুগুম্বা বিদ্যা অদু ব্যাকরণ কৌই। হায়বদি করিগুম্বা শব্দ অমগী Prefix, Root অমসুং Suffix গী মরমদা শুপায়না নৈনবা বিদ্যা অদুবু ব্যাকরণ হায়না কৌই। মেকডোনেলনা ভারতীয় ব্যাকরণগী পূর্ণতা অমসুং পুংমকগী হেন্দোক-খোইদোকপসিবু প্রশংসা তৌরদুনা হায়রম্মী :— ভারতীয় বৈয়াকরণিকশিংনা য়াম্নমক মপুং ফারবা অমসুং শেংলবা, চুম্লবা ব্যাকরণগী নিয়মশিং পুথোক্লম্বদুগী সমসারগী করিগুম্বা দেশ অমত্তদা থক তৌরমদে।

(iii) ছন্দ :— বৈদিক মন্ত্রশিংগী খোন্থোক্কীদমক্ত ছন্দস্ (ছন্দঃ) গী জ্ঞান নীংথিন লৈগদবনি। অতুন ছন্দগ মরী লৈনব লাইরিকশিং ইব হৌগংদ্রম্মী। ছন্দসগী অর্থদি কুপশিনব নত্রগ খুমজিনব হায়েন খঙনৈ। হায়বদি ছন্দ:ন ভাবশিংবু কুপশিন্দুন অপুনব শক্তম অম ওইন থনম্মী। ছন্দ খুদংগক্ত ময়েকশিংগী মশিং লেপতুন থনম্মী। প্রাচীন ছন্দঃ গ্রন্থশিংদি শাংখায়ণ শ্রৌত-সূত্র, ঋগ্বেদ-প্রাতিশাখ্য, সামবেদ নিদান-সূত্র, পিঙ্গলগী ছন্দ-সূত্র মখোয়শিংসিন মরুওইবনি।

(iv) নিরুক্ত :— মসিদ প্রাচীন বৈদিক শব্দশিংগী অর্থ শন্দোক্ল তাক্লুন হরি। তশেংনমক হায়রবদ মসি বৈদিক কোষ গ্রন্থনি। সংসারগী কোষ (Dictionary) ইবগী চৎনবীসি মসিন অহানব হৌরকফম্নি। যাস্কন নিরুক্ত ইবগী অহানব আচার্য্যনি। তৌবগীদি মাগী "নিরুক্ত" গ্রন্থদ মাগ। মথক্কী নিরুক্ত ইব আচার্য্য কয়াগী মমিং ইতুন থনম্মী। অতুমওইনমক মখোয়শিংগী প্রমাণিক ওইব গ্রন্থ অমত্ত ফংখিদে। শব্দ ব্যুৎপাত (Elymology), ভাষা-বিজ্ঞান (Philology) অমস্মুং অর্থবিজ্ঞান (Semantics) গী খ্বাইদগী লীরব প্রমাণিক গ্রন্থনি।

(v) জ্যোতিষ :— বৈদিক যজ্ঞশিংবু অফব পুংফমদ পাংথোক্নবগীদমক্ত "জ্যোতিষ" কৌব বেদাঙ্গ অসি পুথোকখি। মসিদ যজ্ঞশিংগী মতম অমস্মুং পুংফম তাকই। "বেদাঙ্গ জ্যোতিষ" হায়বসিন খ্বাইদগী লীরব জ্যোতিষ গ্রন্থনি। বৈদিক জ্যোতিষদ সূর্য্য, চন্দ্র, গ্রহ অমদি নক্ষত্রশিংগী খোংচৎকী মরমদ য়াম্নমক কুপ্ন হৈনৈ।

(vi) কল্প :— বেদাঙ্গশিংগী মনুংদ কল্পসূত্রগী মফম খোইদোক্ল শীংথানৈ। কল্পগী অর্থদি যজ্ঞগী বিধিশিংবু পা খোকপ হায়বনি। মসিদ বৈদিক কর্ম্মশিংবু নিয়ম নাইন পাংথোক্নগী

মরম নৈনৈ। কল্পসূত্র মথল মরী শুই :—(১) শ্রৌতসূত্র, (২) গৃহসূত্র, (৩) ধর্ম্মসূত্র, (৪) শুল্বসূত্র।

(১) শ্রৌতসূত্র — মসিদ অপোইব বৈদিক যজ্ঞশিংগী মথং মনাও নাইন ইচুন থনম্মী। দর্শ, পৌর্ণমাস, সোমযাগ, বাজপেয়, রাজসূয়নচিংব অপোইব যজ্ঞশিং য়াওই।

(২) গৃহসূত্র — মসিদ সংস্কার ১৬ থক য়াওই। মহাযজ্ঞশিং, পাকযজ্ঞশিং, য়ুমশাব, য়ুমজংব, পশুপালন, রোগনাশকন চিংব বিধিশিংবু নৈনৈ।

(৩) ধর্ম্মসূত্র — মসিদ নীতি, ধর্ম্ম, রীতি-প্রথাশিং, বর্ণ মরী অমসুং আশ্রম মরীগী মথৌশিং অমসুং সামাজিক নিয়মশিং নৈনচুন তাকই।

(৪) শুল্বসূত্র — মসিদ যজ্ঞ তৌকম বেদী শামনবগী মরি লৈনব নাপ তৌচুন ওন্নব থবক অমদি বেদী শামনবগী মরমদ শুগায়ন তাকই। মসিগী ওন্নবগী থবক অসিদগী ভারতকী জ্যামিতি হায়ব বিদ্যা অসি পোকখি। মেকডানলনা শুল্বসূত্রগী বৈজ্ঞানিক মহত্ব অসি সমর্থন তৌরদুনা অসুম্না ইরম্মী—সূত্রশিংসিদ রেখা গনিত (জ্যামিতি) গী জ্ঞান (Knowledge) অসি য়াম্নমক মাংজিনথান ভারতদ লৈরম্মী। তংশেংনমক শুল্বসূত্র অসি ভারতকী গনিত শাস্ত্র (Mathematics) গী হৌইদগী লীরব লাইরিক্নি।

মথক্কী পীরিব বিবরণ অসি স্রুপ্নগী বৈদিক সাহিত্যগী নশক য়াম্নমক শম্না তাকপতনি। মসিন বৈদিক সাহিত্যগী মঙুংচনব লাইরিক্কী ওমখৈ অম তাকুন থম্বতনি।

বেদশিংগী থোইদোকপা গুণশিং (Significance of Vedas): (১) "সর্ব্বজ্ঞানময়ো হি সঃ" বেদ অসি তোঙান তোঙানব বিষয়শিংগী জ্ঞানগী মশক্নি। রাকম অসিদ নীংশিংব য়াব অমনা

(৩) সামাজিক মহত্ব — প্রাচীন ভারতীয় সমাজগী শক্তম বৈদিক সাহিত্যদগী থঙব ঙম্মী। মরু ওইন ঋগ্বেদ অমসুং অথর্ব-বেদগী মতম অদুগী সমাজ অমসুং সাহিত্যগী পাক চাওরব শকল উব ফংই। যজুর্বেদদ তোঙান তোঙানব জাতিশিংগী কর্ম্মশিংগী মরমদ শুগায়ন তাকই। মতম অদুদ চংনরস্ন পৌদাংশিংগী পাক চাওন মক্কম অদুদ নৈনৈ। খুদম ওইন ব্রাহ্মণগী মথৌ জ্ঞান তানব, ক্ষত্রিয়গী ডাক-শেনব, বৈশ্যগী শেল তানব, শূদ্রগী সেবা তৌব, হুরানব হায়বসি ত্তক্কচনিঙ্ডাই ওইবনি হায়বসিনি।

(৪) আর্থিক মহত্ব — বেদশিংদ আর্য্যশিংগী শেল থুম শীজিন্নবগী মরমদ পাক চাওন নৈনরম্মী। মমাংলৈগী মতমদ লৌথোক লৌশিন তৌনব অমদি পীথোক পীশিন তৌনবদ করম করম চংনব হায়বত্তু তাক্লম্মী, লল্লোন-ইতিক্কী চংনবী করম্ন তৌরম-বগে হায়বহুস্ন শক্লোক তাক্লম্মী।

(৫) রাজনীতি শাস্ত্র — বেদশিংদ মমাংলৈগী মতমগী লৈঙাকলোলগী মরমদ নৈনরম্মী। রাষ্ট্র করিনো? নিংথৌ অমসুং প্রজাগী মথৌ, প্রজাশিংগী মফমদ নিংথৌগী মথৌ, নিংথৌ, মন্ত্রি-পরিষদ, সভা অমসুং সমিটি শেম্ন, প্রজাতন্ত্রগী নিয়ম, য়েক ন মাংহনব, নীতিশাস্ত্রশিং শীজিন্নব, খুদমগী মশক ওইন প্রজাশিংগী মথৌদি প্রজাগী কান্নব অমদি ফনবব তৌব অসিনচিংব।

(৬) ভাষা বিজ্ঞানগী মহত্ব — সংসারগী বিদ্যা পুন্নমক্তগী ঋগ্বেদসি পুন্নমক্তগী লৌরব লাইরিক অমনি। লোলগী মথং মনাও অসি করম্ন চাওখৎলম্বগে. মসিগী তশেংব জ্ঞান ফংননবগী-দমক্ত বেদশিংদগী য়াম্ন মতেং লৌই। বৈদিক সংস্কৃতদগী লৌকিক সংস্কৃত করম্ন পোকখিবগে; মসিগীদমক্ত বেদশিংগী মতেং দরকার ওই। বেদ অমসুং বেদাঙ্গগী শরুকশিং নৈনবদগী খোম্থোক-লোলনচিংব নৈনহুন ভাষা বিজ্ঞানগী (Linguistics) গী মরু হনখি।

(৭) ঐতিহাসিক মহত্ব — ঐতিহাসিক মহত্বগী মচাকশিং বেদশিংদগী ফংই। মসিগী য়ুঙ্ফমদ অরিব ইতিহাসগী শক্তম শাগংলি। কাব্যশাস্ত্রীয় অমসুং সাহিত্যিক মহত্ব — বেদশিংদ অনুপ্রাস, যমক, রূপক অসিনচিংব অলংকরশিংগী মফম কয়ামরুমদ শীজিন্নৈ। উষঃ সূক্তদ উষাগী বর্ণন অসি খোইদোক্ত ফজরবী যুবতী অমসুং নুপীগী মশক লৌহুনা তাক্লি। নৌন খোরক্লবী উষান ফজরবী নুপীগ চাংদমন্নহুনা মাগী ফিশিংবু মাইকৈ মরীমক্ত শন্দোকই। পৃথিবীদগী স্বর্গলোক ফাওব মাগী ফজবসি উব ফংই। উষাবু ফজরবী নুপীগী শক্তমদ নুমিংকী মশক ওইরবী পতিগ উন্নবগীদমক্ত প্রেমিকাগী মশক বর্ণন তৌই। মহাক্ন লোকফেং তৌরহুনা মাগী মথবাক্তগী ফিরোল পূন্নমক তাইদোক্লহুনা সূর্য্যদেবগী মনাংদ লাকই।

(৮) শব্দপ্রমাণ — বেদগী য়াফম অসি আপ্তবচন হায়নৈ। আপ্তবচন হায়বগী অর্থদি ঋষিশিংগী ঙাইব য়াহৈ হায়বনি। শম্ন হায়রবদ বেদগী মন্ত্রশিংবু উখিব ঋষিশিংগী য়াফমশিংদি সত্বসিদ্ধ ওইরব য়াফম্ন। অহুন ভারতীয় দর্শন (Indian Philosophy) গী চার্বাক অমদি গৌতম নত্ত। অতৈ দার্শনিক পূন্নমক্ত অমত্ত ওইনা প্রমেয় জ্ঞান (প্রমাণনা ফংব জ্ঞান) ফংনব হোৎনবদ প্রমাণ মথল কয়া শীজিন্নখি। মহুগী মথুংদ থাইদগী হায়বদি প্রত্যক্ষপ্রমাণ অমদি অনুমান প্রমাণনা লাম্ন ফাদ্রব মতমদ আপ্তবচননা final authority ওইনা লৌনৈ।

খুদমগী মশক ওইনা — ধর্ম্ম-অধর্ম্ম, পাপ-পুণ্য, মোক্ষ, আত্মাগী শক্তম, অমুক হন্ন পোকপ মখোয়শিংগী মরম থজনব উপায়দি বেদনি।

(৯) ধার্ম্মিক মহত্ব — বেদ হায়বসি ধর্ম্মগী য়ুঙ্ফম্নি। ধর্ম্মগী মরুওইব তত্ব থজননবগীদমক্ত অমত্ত তায়রব উপায়দি বেদনি।

"বেদো অখিলো ধর্ম্মমূলম্‌"। (মনুস্মৃতি ২—৬)

মনু হায়বা ঋষি অমহুন বেদশিংবু ধর্ম্ম পুম্নমক্কী মরুনি হায়রম্মী। মহুন বেদশিংবু জ্ঞান পুম্নমক্কী অমসুং বিদ্যা পুম্নমক্কী হৌরকফম্নি হায়না লৌরম্মী। মীওইবা জাতিগী মথৌ মশক থুডনা-নবগীদমক্ত বেদশিংনা য়ুম্ফম্নি হায়না তাকই।

যঃ কশ্চিৎ কস্যচিৎ ধর্ম্মো মনুনা পরিকীর্ত্তিতঃ
সঃ সর্ব্বো অভিহিতো বেদে সর্বজ্ঞানময়ো হি সঃ।
(মনুস্মৃতি ১—৭)

ভারতকী বিদ্যা পুম্নমক্ত বেদবু প্রমাণিক (Authority) ওইনা লৌনৈ। মহর্ষি পতঞ্জলিনা নিষ্কাম ভাবক লোয়নন বেদাঙ্গ ৬ ক কোম্নরবা বেদবু তম্ব অমসুং মতুগী মথুং মপানগী জ্ঞান ফংননবা ব্রাহ্মণশিংনা বেদ তমগদবনি :–

"ব্রাহ্মণেন নিষ্কারনো ধর্ম্মঃ ষড়ঙ্গো বেদো অধ্যেয়ো জ্ঞেয়শ্চ"।
(মহাভাষ্য, আহ্নিক—১)

সাংস্কৃতিক মহত্ব :— বেদ হায়বসি সংস্কৃতি (Culture) গী হৌরকফম্নি। ভারতীয় সংস্কৃতিগী তশেংবা জ্ঞান বেদ অমসুং বৈদিক সাহিত্যদগী ফংই। মমাংগৈগী মতমদ পোৎকী মমিং থোনবা, মীওইবগী কর্ম্মনচিংবগী লেপ্পবসি বেদশিংদনা তৌরম্মী। লোকমান্য তিলকনা বেদশিংগী প্রমাণিকতা অসি আর্য্যত্ব অমসুং হিন্দুত্বগী লক্ষণ ওইনা পীখি। আর্য্যশিংনা যজ্ঞদ মপুং ওইনা থাজবা, ঈশ্বর অমত্তনি হায়না খন্দুনা লাই মখল কয়াগী শক্লোনশিং বৈ হায়বা থাজবা, নিষ্কাম কর্ম্মগী কর্ত্তব্য, ঈশ্বরনা মফম পুম্নমক্ত শীনবা থুংনা লৈবা, জ্ঞান অমসুং কর্ম্ম মার্গপ তিম্নবা, অমুক হন্না পোকপা, জীবনগী লক্ষ্য মোক্ষ, অসিনচিংবা অশেংবা জ্ঞান অসি বৈদিক সাহিত্যদগী ফংই।

মপক্কী রাকমশিংদগী তশেংন খঙম ঙম্লে, মহুদি বেদশিংদ ঃথাইবোক্ক শীংথানব ঙমব্ব থোইদোকপ গুণশিং শাগেমহন লৈ।

## ঋগ্বেদ

পৃথিবীগী লোলগী ইতিহাসদ অইব ওইন ফংথিবশিংগী মরক্ত গ্রীক, লেটিন; অবেস্তা অমসুং সংস্কৃত মরী অসিন অথোইবনি। সংস্কৃত সাহিত্যগী মনুংদ খ্বাইদগী লীরব সাহিত্যদি ঋগ্বেদনি। মসিদ ভারতবর্ষগী আদর্শ, মর্য্যাদা, জ্ঞান অমসুং মানবতাগী মপুং ফারব শক্তম অহু লেক্তুনা তাক্লি। মসি ভারতীয় ঋষিশিংগী থম্মোয়গী নুংশেলনি। মসি ছন্দন যোম্লব ফজরব মন্ত্রশিংনি, বেদগী মন্ত্রশিংসি ভারতবর্ষদ নওন অতোপ্প লৈবাকশিংগী পণ্ডিতশিং-নসু বেদদ য়াওব জ্ঞান অমসুং পাউতাকশিংদু কংলগ থোইদোক্ক জ্ঞানগী লমজিং ফখি, লোয়মন থথ্রায় হকচাং য়াওন মসিদু থাগংখি। বেদ মীওইব জাতিগী খ্বাইদগী লীরব সাহিত্যগী লইঙেনি। আর্য্যজাতিগী চহি লিশিং কয়ামুক কুইরব ইতিহাসনি। পাশ্চাত্য বিদ্বান — মেকডোনেল, মেক্সমূলব, ব্রিটরনিটজ, রথ নচিংবন বৈদিক সাহিত্য নৈনবদ মখোযগী মমল য়াম্লব পুন্সিবু কংথোক্লম্মী। বেদশিংগী সম্পাদন অমসুং প্রকাশণ তৌদুন পৃথিবীদ শন্দোক্লবগী থবক্ত মখোয়গী অচৌব কথোকপ লৈখি। বেদ অমসুং লৌকিক সংস্কৃতগ গ্রীক, লেটিন, ফারসীনচিংবগ পরিবার অমত্তনি হায়বগী শেংলব খুদম কয় পুথোকখি। হৌজিক্কী মতমগী ভাষাবিজ্ঞানগী হৌরকফমসু বেদনি।

ঋগ্বেদগী মতম :— বেদগী মতম লেপ্লব হোংলব চাওরাক্ল শরুক অনীথোক্ল থায়দোক্লম্মী ঃ— (i) নোং চুপলোমগী পণ্ডিত-শিংগী মত, (ii) নোংপোকলোমগী পণ্ডিতশিংগী মত।

(i) হৌজিক্কী মতমগী ঐতিহাসিক মীৎয়েং অসি বিকাস-বাদদ য়ুক্কম ওইরম্মী। অতুন ভারতীয় বিদ্বান্‌শিংগী মীৎয়েং অতু য়ারমদে। বৈদিক সাহিত্য নৈনরম্ব নো চুপলোমগী পাণ্ডিতশিংন ঋগ্বেদ অসি অরিব পোথোক অমনি খন্দুন, মসি মতম লেপ্পব য়াম্ন কম হোৎনরম্মী। প্রত্যক্ষ প্রমাণ ফংদবদগী ঋগ্বেদগী মতম লেপ-পসি য়াম্নমক রান থোক্লম্মী।

মেক্সমূলরগী মত ঃ— ইংলণ্ডগী "সেক্রেড বুক অফ দি ঈষ্ট" কৌব লাইব্রিকী সীরজ অদুদ মেক্সমূলরন ঋগ্বেদগী প্রকাশন তৌরম্মী। মদুগী ভুমিকাদ মান বেদগী মতম লেপ্লম্মী। মাগী মত মতুংইন্না ঋগ্বেদ অসি খৃষ্টগী মমাং চহি ১২০০ দ লেপখি। মাগী মত মতুংইন্ন মেক্সমূলরন হায়রম্মী — ভগবান্ বুদ্ধগী মতম ফাও-বদ বৈদিক সাহিত্যগী রচনা তৌব হোৎখ্রে। বৈদিক সাহিত্য অসি মহাক্ন শরুক মরী থোক্ন থায়দোক্লম্মী — ছন্দঃ, মন্ত্র, ব্রাহ্মণ অমস্থুং সূত্র। ইহান হানবদ ছন্দশিং, মতুগী মতুংদ মন্ত্র, মদুগী মথংদ ব্রাহ্মণ অমদি মথংদ সূত্রসাহিত্যশিং লাকখি। গোতোম বুদ্ধগী মতম অসি খৃষ্টগী মমাং চহি ৫০০ রোমদনি। অদুন সূত্র সাহিত্যগী রচনা অসি খৃষ্টগী মমাং চহি ৬০০ রোমদ ইব লোইখ্রে। খৃষ্টগী মমাং চহি ৮০০ দ ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিং অদুগ খৃষ্টগী মমাং চহি ১০০০ দ মন্ত্র সাহিত্য, ১২০০ দ সূত্র সাহিত্য। অদুন ঋগ্বেদগী মতম অসি খৃষ্ট মমাং চহি ১২০০ দ লেপখি। অদুবু মাসিগী মতম অসি মেক্সমুলর মশামকম্ভু মপুং ফান পেল্লমদে। মহাক মশামক্ন অসুম হায়রম্মী, মসিগী মতম মরেপ অসি চাওরাক্ন অনুমান প্রমাণন লেপ্লনি। অদুন বেদগী মতম লেপ্প অসি য়াম্নমক রাব তানফম অমনি। অদুবু রিল্সন, কীথ, কোলব্রুক অসিনচিংব পণ্ডিতশিংনদি মেক্সমুলরগী মতপু শৌগৎলম্মী।

জেকোবীগী মত :- জর্মনগী অফাওব পণ্ডিত জেকোবীন জ্যোতিষশাস্ত্রগী য়ুক্তিদ ঋগ্বেদগী মতম অসি খৃষ্টগী মমাং চহি ৪৫০০ দ লেপ্লম্মী। মহাক্ন অস্তুম্ন হায়রম্মী — কল্পসূত্রশিংদ বিবাহগী মতাংদ "ধ্রুবম্নিব স্থিরা ভব" ধ্রুবতারাগী মতৌগুম্ন মপুরোইবগী মফমদ লেপ্লদনা লৈব হায়ব ৱাক্ন অসিদ ধ্রুবতারা অসি মতম অতুদ য়াম্ন লল্লম্ব অমস্তুং লেঙদব ওইরম্ন যাই। মসি খৃষ্টগী মমাং চহি ২০০০ রোমগী অতুরাইদ ওইরম্ন য়াই। ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিংদ কৃত্তিকা নক্ষত্রদ বসন্তসম্পাতগী মতাং পল্লম্মী। ব্রাহ্মণ গ্রন্থশিং অমস্তুং কল্পসূত্রগী মতমশিংসি খৃষ্টগা মমাং চহি ২৭০০ দগী ২৫০০ ফাওবগী মনুংদ ওইরমগনি। অহুন ঋগ্বেদগী মতম অসি চাউরাক্ন খৃষ্টগী মমাং চহি ৪৫০০ রোমগী অতুরাইদগী ওইগনি।

মতৌ অস্তুম্ন হাগনস্তু জ্যোতিষগী রচনা কাল অসি খৃষ্টগী মমাং ১১৮৮ কী অতুরাইদ লেপ্লম্মী। মসিগী মতুংইম্ন বেদশিংগী রচনা কাল অসি খৃষ্টগী মমাং ২৪০০ দগী ২০০০ ফাওবগী মনুংদ ওইরমগনি।

মতৌ অস্তুম্ন রিটর নিটিজনস্তু বেদগী মতম অসি খৃষ্টগী মমাং ২৫০০ গী অতুরাইদ লেপ্লম্মী।

(ii) ভারতীয় পণ্ডিতশিংগী মত :—

ডাঃ ভণ্ডারকরগী মত :— ভণ্ডারকরন ঐতিহাসগী য়ুক্তিমদ বেদগী মতম লেপ্লম্মী। "ঈশাবাস্যোপনিষদ্" দ. যজুর্বেদগী ৪০ শুব অধ্যায়নি, "অসূর্য্য" হায়ব শব্দ অসি লাকখি। হায়রিব শব্দ অসি অসীরিয়াগী অর্থ মাম্নব ৱাহৈনি। ঋগ্বেদদ দেবশিং অমস্তুং অসুর (হিংচাব) শিংগী লালগী ৱাক্নম য়াওরি। অসীরিয়া (মেসোপোটামিয়া) গী মীশিংসি বেদশিংদ য়াওরিব অসুর অসিনি। মখোয়শিংসি চাওরাক্ন খৃষ্টমী মমাং ২৫০০ রোমগী অহুরাইদ ভারতদ লাকখি। অহুন যজুর্বেদগী রচনা কাল অসি

খৃষ্টগী মমাং চহি ২৫০০ বোমগী অতুরাইদনি। ঋগ্বেদগি মতুগী মমাংদ ইগ্রবনিন, মাগী মতম অসি চাওরাক্ত খৃষ্টগী মমাং চহি ৬০০০ বোমগী অতুরাইদনি।

বাল গঙ্গাধর তিলককী মত :— জ্যোতিষগী যুক্তমদ বেদশিংগী মতম লেপ্পবগী থনক অসি লৌখংপদ লোকমাণ্য বাল গঙ্গাধর তিলকন অথোইবা শরুক য়াখি। মাগী মত মতুংইন্না সংহিতাগী গ্রন্থশিং অসি খৃষ্টগী মমাং ৪৫০০ অতুরাইদ থোমজিল্লম্মী। মতুগী মমাংদ অয়াঙ্গ বেদগী মন্ত্রশিংসি লেংগ্রবনি। অতুন অরিব ঋচাশিংগী রচনা অসি খৃষ্টগী মমাং ৮৫০০ ওইরম্বগনি।

নারায়ণ বাব ভবনরাব পাবগীগী মত :— ঋগ্বেদগী রচনাগী মতম লেপ্পনবগীদমক্তু ভূগর্ভশাস্ত্রগী মতেং লৈরম্মী। মাগী মত মতুংইন্না ঋগ্বেদগী রচনা কাল অসি খৃষ্টগী মমাং চহি ৯০০০ গী অতুরাইদ লেপ্লম্মী। ঋগ্বেদদ তুরেলশিং অমস্তুং সমুদ্রশিংগী মরমদ শুগায়না ইরম্মী — ঋগ্বেদগী মন্ত্র (১০, ১৩৬, ৫। সপ্ত সৈন্ধব প্রদেশগী ভমথৈ অনীমক্তু সমুদ্র লৈরবগী বর্ণনা তৌরম্মী। মতুদ নোংচুপকী সমুদ্রদি আরব সাগর ওইরম্মী। নোংপোক্কী সমুদ্রন হৌজিক্কী পঞ্জাবকী নোংপোকথংব শরুকশিং — হৌজিক্কী উত্তর প্রদেশ, বিহার, বাঙ্গালগী লমহাংশিং সি সমুদ্র অতু ফুঙ্জিনগ্রগ ওইখিবনি। মতম কয়াগী মতুংদ হিমালয়গী চীংশাংদগী চেন্থরকপ তুরেলশিংন পুরকপ লৈবাকশিংন মফমসিগী সমুদ্র ফুংখিবনি। মসিমকত্তু লৌব য়াব প্রমাণ অমনি।

স্বামী দয়ানন্দ সরস্বতী :— বেদশিংগী মন্ত্র অসি পরমাত্মাদগী কোংদোরকপনি। বেদ সৃষ্টিগী হৌরকপদ লৈরে, অদুন মসিগী মতম অসি সৃষ্টিগী হৌরকপদগীনি। শ্রীরঘুনন্দন শর্ম্মনসু মসিগী মত অসি সমর্থণ তৌরম্মী। মহাবীর অমসুং গৌতম বুদ্ধন বৈদিক কর্ম্মকাণ্ড পশু বলিগী বিষয়বু মাদব ফোংদোক্লকহন ইখি। মতুদগী

থংলে — বৈদিক সাহিত্যগী অরোইবা শরুক সূত্র সাহিত্য, মরু-ওইবা কর্মকাণ্ডগী শ্রৌতসূত্র, গৃহ্য সূত্র মখোয়শিংসি মখোয়দগী হন্নন লৈরম্লব ওইরাক্লে। অদুন বৈদিক সাহিত্যগী অরোইব ভমথৈ অসি য়ামদ্রবদ খৃষ্টগী মমাং চহি ৬০০ দ ওইখ্রবনি।

খৃষ্টগী ১৯০৭ দ এশিয়া মাইনরগী বোগাজকোই (Boghaz-koi) কৌব মফমদ সন্ধিপত্র অম ফুংদে ইদুন লৈরম্বা থেংনখি। মসি খৃষ্টগী মমাং ১৪০০ দ মিতানী অমসুং হিটাইট লৈবাক্কী কংলুপ অনীদ তৌনব সন্ধিনি। মসিদ লৈবাক অনীমক্কী মাগী মগী দেবতাশিংগ লোয়নদ সাক্ষীগী মশক ওই। মিত্র, বরুণ, ইন্দ্র অমসুং নাসত্য দেবতাশিংগী মমিং পুম্লী। মসি মরম ওইদুন বৈদিক সাহিত্য অসি ঋগ্বেদ খৃষ্টগী মমাং ১৪০০ দ ইদুন লৈখ্রে হায়নাসি ফোংদোকই।

স্বামী দয়ানন্দচিবন বেদশিংগী ব্রাহ্মণ অসি চহি লাখ কয়াগী মমাংদগী লৈরম্মী। মসি শাস্ত্রগী মীংয়েংদ অচুম্ব ওইবস্তু চংনরোলুদনাদ ওইথোক্কদবা ওন কৌরিস্ত ওইদে। মরমদি চহি লাখ কয়াগী রামায়ণদি কনানা থম্বা পাংস, স্মৃতিগী চাহি লিশিং তরাগী মমাংগী ইতিহাসগী বরীশিংসি যাম্না খঙজনদ্রে। অদুন মসুম্ব অহু থাজনরিংদাই ওইগথেক্কে।

প্রোঃ মেক্সমুলরগী মত অদুস্ত বোগাজকোইগী শিলালেখ ফংখিদনাদি মসুস্ত লৌব য়াদব ওইগ্রে। লোকমান্য তিলক, প্রোঃ দীক্ষিতনচিবগী মত অদুস্ত মশক্চাব প্রমাণ ওইদদুন কাল্পনিক ওইন খন্নদুন মসুবু থোইদোক্কু খঙইনদ্রে। চাওরাক্ন হায়রব তারবদ বৈদিক সাহিত্য অসি য়ামদ্রবদ খৃষ্টগী মমাং চহি ৪০০০ দগীন খৃষ্টগী মমাং চহি ১৪০০ ফাওবগী মনুংদ লৌব য়াই।

ঋগ্বেদগী ঋষিশিং — ঋগ্বেদগী সূক্ত খুদিংমক্কী দেবতা, ঋষি অমসুং ছন্দ লৈ। হৌজিক্কী মতমগী সমালোচকশিংন অমুক্ত লৌনৈ

— ঋষিশিংসি মন্ত্র ইব কাংলুপ্নি। যাস্কন ঋষিশিংগী অর্থ অসুম্ন লৌখি — "ঋষিদর্শনাৎ"। হায়বদি মন্ত্রশিংগী অর্থ দর্শন তৌব মীশিংন্থু ঋষি হায়ন কৌনৈ। ঋষিশিংসিন মন্ত্রশিংবু ইরম্ব •ৱে, ইহান হানব মখোয়না সূক্তশিংগী অর্থশিংন্থু দর্শন তৌরগ মখোয়-শিংন্থু মীয়ামদ শন্দোক্লন খঙহল্লম্মী। ঋগ্বেদদ মণ্ডলশিংগী সংগঠণ (Composition) অসি ঋষিশিংগী মতুংঙন্ন তৌরম্মী। মণ্ডল খুদিংগী ঋষি অমমম লৈখি। অনীশুব মণ্ডলদগী নিপালশুব মণ্ডল ফাওবসি সূক্ত মশিং য়াম্ন পুনশিল্লম্মী। মণ্ডল খুদিংগী ঋষ অমমম লৈ। অনীশুব মণ্ডলগী গৃৎসমদ অহুমশুব মণ্ডলগী বিশ্বামিত্র, মরিশুব মণ্ডলগী বামদেব, মঙাশুব মণ্ডলগী অত্রি, তরুকশুব মণ্ডলগী ভারদ্বাজ, তরেৎশুব মণ্ডলগী বশিষ্ঠ, নিপানশুব মণ্ডলগী কণ্ব অমসুং মাগী বংশদ পোকপশিং। অহানব, মাপলশুব অমদ তরাশুব মণ্ডলগী ঋষিশিংদি মশিং য়াম্ন য়ামই। অহুন হায়রিব মণ্ডলশিংসিগী রচনাশিংন্থু ঋষি কয়ামুক্তী রচনানি হায়ন লৌনৈ। আলোচক খরন ঋগ্বেদগী অহানব অমদি তরাশুব মণ্ডলশিংসি মতুংদ হাপচিনখিবনি হায়ন লৌনৈ।

দেবতাশিং — ঋগ্বেদগী সূক্ত খুদিংগী তোঙান তোঙানব দেবতাশিং লৈ। মতুংদ দেবতাশিং তুপ্তি তৌনৈ। যাস্কন দেবতাগী অর্থ অসুম্ন পীখি — "দেবো দানাদ্ দ্যোতনাদ্ দীপনাদ্ বা" পদার্থশিংবু পীরিব নত্রগ পদার্থশিংবু ফোংদোক্লবহুবু দেবতা কৌনৈ। ঋগ্বেদদ দেবতা মশিং ৩৩ শুই। যাস্কগী মত মতুং ইম্ন দেবতা অসি স্মাংলুপ অহুম খোক্ল খায়দোকই — (i) পৃথিবীদ লৈব দেবতাশিং, (ii) আকাশদ লৈব দেবতাশিং, (iii) স্বর্গদ লৈব দেবতাশিং। পণ্ডিতশিংন প্রাকৃতিক শক্তি লৈবশিংবু দেবতা হায়ন কৌনৈ। ঋগ্বেদগী মরুওইধ দেবতাশিংগী মমিং —

(i) পৃথিবীদ লৈব দেবতাশিংগী চাওম্রাকপ মমিং — অগ্নি, সোম, পৃথিবী অসিনচিংব।

(ii) অন্তরিক্ষদ লৈব দেবতাশিং— বরুণ, রুদ্র, বায়ুনচিংব।
(iii) স্বর্গলোকু লৈব দেবতাশিং— বরুণ, মিত্র, উষস, সূর্য্যনচিংব।

অসুম ঋগ্বেদগী দেবতাস পূম্ম ৩৩ শুই। মখোয়শিংসি মথক্কী লোক অহুম অসিগী মনু চন্ন খ'দোকই।

প্রতিপাদ্য বিষয় — ঋগ্বেদ আর্য্যশিংগী খাইদগী লীরব সাহিত্যনি। মসিদ আর্য্যজাতিগী খাইদগী লৌরব শক্তম অহু মপুংফানা উৎলি। মসিগী ঋচাশিংদ বৈদিক যুগকা সভ্যতা, সংস্কৃতি অসি য়াম্নমক লেংনা উৎলি। ঋগ্বেদ আর্য্যশিংগী ধর্ম্মিক, রাজনীতিক, সাংস্কৃতিক, সাহিত্যিক, সমাজিক, বৈজ্ঞানিক নখল খুদিংগী বিচারশিং অহু পাক চাউনা বর্ণনা তৌরি।

ঋগ্বেদগী ধর্ম্ম — আর্য্যশিংগী ধর্ম্মদি বৈদিক ধর্ম্ম কৌই। আর্য্য নত্রগ হিন্দুনা বেদশিংবু মখোয়গী ধর্ম্মগী হৌরকফম্নি হায়না লৌনৈ। হিন্দুশিংগী ধার্ম্মিক স্বরূপ অসি য়াম্ন তোঙান্ন উই। খরনা ঈশ্বরগী নিরাকার রূপপু উপাসনা তৌনৈ। খরনা সাকার রূপপু লৌহুনা মাগী মূর্তিশিংগী পূজা তৌনৈ। খরনা ঈশ্বর এখল্লা হায়না লৌনৈ। খরনা ঈশ্বর অসি অমত্তনি হায়না লৌনৈ। অগ্নি, বরুণ, ইন্দ্র অসিনচিংববু তোঙান তোঙানব দৈবী শক্তিশিংগী কল্পনা তৌনৈ। তোঙান তোঙানব দার্শনিক বিচারধারাশিং — অদ্বৈতবাদ, দ্বৈতবাদ, ত্রৈতবাদ অসিনচিংবা সিদ্ধান্ত পূম্নমক বেদবু লৌকম ওইরগ মশাগী তোঙান তোঙানব শক্তমশিং শাগৎলম্মী। ঋগ্বেদগী ধার্ম্মিক রূপ দেবতাশিংগী উপাসনা তৌবনি। উপাসনা তৌসি দেবতাশিংগী মশক্ত নত্রগ অথোইব দেবতা অমত্তংদগী রূপত লৈন লৌংনরম্মী।

অনেকদেবতাশিংগী উপাসনা — ঋগ্বেদদ মপালথোংদদি দেবতাময়ামগী উপাসনা তৌব ওইনা তৌই। মরু ওইনা দেবতা

৩৩ শিংগী স্তূতি ঋগ্বেদদ কংই। উপাসনা তৌরগ দেবতাশিংসিন মীওইবশিংদ মখল মখ অয়াম্ব শক্তিশিং, সিদ্ধিশিং অমদি সম্পত্তি-শিং পীখি। দেবতাশিংসি মখল অহুম পোক্ল খায়দোকই — (i) পৃথিবীগী মথক্ত লৈব, (ii) আকাশদ লৈব, (iii) স্বর্গদ লৈব।

বৈদিক ভাষ্যকারশিংগী মত মতুংইন্ন আর্য্যশিংন যজ্ঞ তৌ-রম্মী অমস্তুং মন্ত্রশিংগী পাঠ তৌরদুন দেবতাশিংবু আবাহন তৌরম্মী। ঋগ্বেদ কালদ বৈদিক দেবতাশিংসি প্রকৃতিক শক্তি-শিংগী নত্রগ ঈশ্বরগী দৈবা শক্তিশিং অমস্তুং গুণশিংগী খুদম (Symbolic) নি। মফম কয়াদ মুর্ত্তরূপ ওইনা বর্ণন তৌদুনস্তু মাগী স্বরূপ অমূর্ত্তনি। অতোপ্প মতমদ পৌরাণিক দেবতা ওইখি, লোয়নন মূর্ত্তরূপকী কল্পনা তৌখি। দেবতাশিংগী রাজা ইন্দ্রনি, মাগী লৈফম স্বর্গলোকনি। দেবতাশিংদ সংসারগী রাংমদ লৈব শক্তিশিংগী কল্পনা তৌনরম্মী।

একেশ্বরবাদ :— ঋগ্বেদদ মফম কয়ামুক্ত অনেক দেবতাবাদকী উপাসনা তৌদুনস্তু মাদু বৈদিক মন্ত্রশিংগী মপানগী অর্থনি। বেদ-শিংগী ম্বাম্ন মনুং হঞ্জনব পাউতাকতি অপোইব শক্তি অমত্তগী শক্নমবু ফোংদোকপনি। বৈদিক ঋষিশিংন চেতনা শক্তি অম-থক্নংদগী উপাসনা তৌরম্মী। মদু সংসার পূম্নমক্কী হৌরকফম্নি। অসিগুম্ব চেতনা শক্তি অসি পরমাত্মা, ঈশ্বর, পুরুষ নত্রগ ব্রহ্মনি। তোঙান তোঙানব দেবতাশিংন অচৌব শক্তিসিগী তোঙান তো-ঙানব শক্তিশিং, গুণশিংবু ফোংদোকই, গুণশিংসিগী দৈবী শক্তি ওইখিদুন মহাকপু দেবতাগী মমিং থোনখি। খুদমগী মশক ওইন-

"ইন্দ্রং মিত্রং বরুণমগ্নিমাহুরথঃ দিব্যস্ সুপর্ণো গরুত্মান্।
একং সদ্ বিপ্রা বহুধা বদন্ত্যগ্নিং যমং মাতরিশ্বানমাহুঃ ॥

অমস্ত ভাইরব পরমাত্মাবু পন্ডিতশিংনা মমিং কয়ামুক অমুম্ম থোক্লে — ইন্দ্র, বরুণ, মিত্র, অগ্নি, দিব্য, সুপর্ণ, গরুত্মান্, অগ্নি, যম, মাতরিশ্বা।

ঋগ্বেদগী পুরুষ সূক্তদ পুরুষ পরমাত্মাগী মশিং লাকঙমদ্রব কোক, খুং, খোং, মিং অসিনচিংব তাকখি, অদুবু পুম্নমক অসি ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক শিনব থুংনা লৈ। ঋগ্বেদগী তরাশুব মণ্ডলগী ৯০ শুধ পুরুষ সূক্তদ পরম পুরুষদ শক্তি পুম্নমক শীনব থুংনা লৈহুন একেশ্বরবাদকী সন্মান পীখ। ঋগ্বেদগী ১০ শুব মণ্ডলগী ১২৯ শুব সূক্ত অসিগী মমং নাসদীয় সূক্ত কৌই। মসি সৃষ্টিগী হৌরক-পগী বর্ণন তৌখি। মসিগী মতুংদগীদি অহানবদ সংসার অসি করিমত্ত লৈরমদে, অমত্ত ভাইরব পরম পুরুষ ব্রহ্মাদমক ভাইরম্মী। মাগী মপুক্তুংদ সৃষ্টি তৌব পায়ম্মী। অদুন মান সংসারগী সৃষ্টি তৌখি।

আর্য্য ঋষিশিংনা প্রকৃতিগী তোঙান তোঙানব শক্তিশিংগী দর্শন অমসুং অনুভব তৌখি। মখোয়না অদুগুম্ব শক্তিশিংবু দেবতা হায়না কৌখি। অদুগুম্ব দেবতাশিং অদুগী মনুংদ চেতনাশিংবু হাপকংলগা ভম্ব শক্তি অম উখি। অদুগুম্ব চেতনা শক্তি অদু সৃষ্টিগী হৌবকপ, য়োকখৎপ অমদি লৌশিনব লোয়নন দেবতাশিংদ শক্তি পীরম্মী। মহাক সর্ব্বশক্তিমান্ অমসুং সর্ব্বব্যাপাক শকতিনি, মদু শংশংব অনুভবকী বিষয়মক্ত নত্তে। চাওরাক্ল মমাংঙৈগী ঋষিশিংনা বেদশিংগী ব্যাখ্যা তৌরদুন মাদুদ একেশ্বরবাদকী সন্মান পীরম্মী। মখোয়না তোঙান তোঙানব দেবতাশিংসি তোঙান তোঙানব মাগী শক্তি অমদি গুণনি হায়না খল্লম্মী। হৌজিক্কী মতমদ রাজা রামমোহন রোয়না বৈদিক দেবতাশিংবু প্রতীকাত্মক (Symbolic) গুণ ওইনা লৌরম্মী। ঋষি দয়ানন্দনা বেদ মন্ত্রশিংগী ব্যাখ্যাগী মুক্কমদ কল্লব প্রমাণশিংনা শোগৎতুনা

বেদশিংগী মহুংদ ঈশ্বর অমত্তনি হায়বগী লেঙ্গ্রব প্রমাণ অহু পীরম্মী।

ঋগ্বেদদ যজ্ঞ :— বৈদিক ধর্ম্মবু যজ্ঞশিংগী ধর্ম্ম হায়ন কৌনৈ। বিদ্বান পুম্নমক অমত্ত ওইন, "বেদগী বিষয়দি যজ্ঞনি" হাই। ঋষি-শিংন যজ্ঞ তৌদুনা দেবতাশিংবু পেল্লহল্লি। পেল্লব দেবতাশিংন মর্ত্যলোকত লৈরিব জীবশিংবু মপুংফানা নুংঙাইহ য়াইথনবা হায়-দুনা অমুতগী মশক ওইরব লোং চুথদুনা অমদি মংমচানা প্রাকৃতিক পদার্থশিংগী খোউচৎ অসি চুম্না থমদুনা সংসারদ মঙ্গল অমদি বংনা পীরম্মী। মসিনি যজ্ঞগী প্রয়োজন (কান্নব)।

ঋগ্বেদদ দার্শনিক চিন্তা :— আর্য্যশিংগী দার্শনিক চিন্তন অসি ঋগ্বেদদগী হৌরকই। আত্মা, পরমাত্ম, সৃষ্টি-উৎপত্তি, পুনর্জন্ম, মোক্ষ অসিংচিব দার্শনিক বিষয়শিংগী ঋগ্বেদদ কুপ্প চিন্তন তৌরম্মী।

ঈশ্বর, জীব, প্রকৃতি :— আর্য্যশিংগী ধর্ম্মদ সৃষ্টিগী রচনা অমস্তুং সংসার অসি শেম্নবগীদমক ঈশ্বর, জীব অমস্তুং প্রকৃতি অসিগুম্ব তত্ব অহুমগী মফম লৈ হায়বসি থনরম্মী। জীবন প্রকৃ-তিগ তিম্নরগ সংসারগী সৃষ্টি লৌখি, ঈশ্বরন মত্থগী শিন-লাংবনি। প্রকৃতিন মরম ওইদুনা জীব অসি পুন্দুনা লৈ — জন্ম-মরণগী চক্রদ তাওদুনা লৈ। তত্বজ্ঞান হেক ফংবদ মহাক্ন অদুগুম্ব বন্ধন অদুদগী নাম্থোকখি অমস্তুং মোক্ষগী উমথৈ লৈত্রব নুংঙাইবদু ফংখি। ঋগ্বেদগী মন্ত্র অমাম্বদ অসিগুম্ব ত্রৈতবাদকী শৌগৎপ খুদমশিং উব ফংই। মখাগী মন্ত্রসিদ ত্রৈতবাদকী লারব খুদম লৈ :—

দ্বা সুপর্ণা সযুজা সখায়া সমানং বৃক্ষং পরিষস্বজাতে।
তয়োরন্যঃ পিপ্পলং স্বাদ্বত্ত্যনশ্নন্নন্যো অভিচাকশীতি॥

ঋগ্বেদ ১৷ ১৬৪৷ ২০।

ফজরব মান্নব মশা পাল্লব অমদি মান্নব চহিন তিল্লব উচেক অনীনা চান্নরব মরুপ অনীগী মশক লৌতুনা সংসার পূন্নমকপু কোনশিনবীরি। মখোয় অনীগী নুংদ অমন হাওরবা সনাখোংনাং পান্দ্রীগী মহাও চুপতুনা লৈরি। অতোপ্পা অমনা করিমত্তু চাদতুনা সুংভানা লৈরি। সনাখোংনা পান্দ্রীনা প্রকৃতিনি, আস্বাদন তৌরিবা উচেক্কু জীবনি অতুগ ভোগ তৌদ্রবা অতোপ্পা উচেক্ক ঈশ্বরনি।

সৃষ্টি অমসুং উৎপত্তিগী মরমদ — নাসদীয় সূক্ত ১০.১২৯ দ সৃষ্টিগী হৌরকপগী মতাংদ লৈরম্বা ফিভমশিংদু ফোংদোক্লকতুনা মাগী রচনাগী ক্রম অদু নকাখি। মতম অদুদ সৎ লৈরম্দে, অসৎ লৈরম্দে, লোক লৈরম্দে, আকাশ লৈরম্দে, অহিং, নুংথিল লৈরম্দে। মতম অদুদ সর্বশক্তিমান ওইরবা পরমেশ্বরনা শান্ত ওইবা অবস্থাদ লৈরম্মী। মাগী অপাম্বা পোক্লকপা সৃষ্টিগী বীজ অসি ঙাংখি। অদুগুম্বা পরমেশ্বর অদু সৃষ্টি অসিগী মপুনি।

হিরণ্যগর্ভসূক্তদসু সৃষ্টিগী হৌরকপগী বর্ণনা তৌখি — পুন্নমক্কী ইহান হান্ন হিরণ্যগর্ভ অসি পরমাত্মানি। মহাক অসি পোকপা নাইবা জীব পুম্নমক্কী অধিপতিনি। মানা পৃথিবী অমসুং স্বর্গ অসীমকপু পুথিবনি। মহাক অসি সৃষ্টি অমসুং মৃত্যু অনীমক্কী অধিপতিনি। দেবতা পুম্নমক্না মাগী উপাসনা তৌরি।

ঋগ্বেদগী পুরুষসূক্তদ (১০.৯০) পুরুষগী শকলম ওইরিবা পরমাত্মাগী বর্ণনা তৌবগ লোয়ননা সৃষ্টি-উৎপত্তিগী মশক অসি তাকই। মহাক অসি ভূৎ, ভবিষ্যৎ, বর্তমানগী শক্তিনি।

**মৃত্যু অমসুং পুনর্জন্ম :—**

ঋগ্বেদদ মৃত্যুগী মতুংদ জীবগী গতি অমসুং অমুক হন্না পোকপগী মরমদ য়াম্নমক নীংথিনা লৈনরম্মী। মৃত্যুগী মতুংদ জীবগী

লম্বেল তাক্সি যমন তৌরম্মী। যমন জীবশিংবু ...গী নপা মপু-
শিংন চৎশিন লম্বীদ পুরম্মী। মৃত্যুগী মতুংদ পুর্বজন্মগী য়াক-
শিংসু ঋগ্বেদদ নৈনরম্মী।

মোক্ষ :— ঋগ্বেদদ মোক্ষ অসি নুংঙাইব পুম্নমক্কী হৌরক-
ফম্নি হায়ন তাক্লম্মী। মসি সত্য, শ্রদ্ধা, তপঃ অমসুং আধ্যাত্মিক
জ্ঞান্ন মরম ওইদুনা ফংই। জ্ঞানগী মশক ওইরব জ্যোতি অসিন
মোক্ষগী লম্বীগী অমম্ব পুম্নমক মাংহল্লি। ঋগ্বেদন ভক্তন ভগ-
বানদ অস্সুম হায়জরম্মী — মতম পুম্নমক্ক মথৌল অমত্তুং নুংঙাই-
বন থল্লব, মফম অদুদ (মোক্ষ লৈবা মফমদ) লৈবু পুবিয়ু।
মখোয়না যজ্ঞ অমসুং দানন মোক্ষ ফংলম্মী। মোক্ষ ফংলব মীওই-
শিংবু মাগী মনাক্ত থম্মী।

আশ্রম ব্যবস্থা :— ঋগ্বেদদ আশ্রমগী ব্যবস্থাদি লৈরবসু
বেদগী মতুংগী সাহিত্যশিংদ লৈবগুম্ন লৈরমদে। অমদি ঋষিশিংন
ব্রহ্মচার্য্য, গৃহস্থ, বানপ্রস্থ অমসুং সন্যাস, আশ্রম মরী অসিগী
ব্যবস্থা তৌখি। ঋগ্বেদদ মরুওইনা ব্রহ্মচার্য্য অমসুং গৃহস্থ আশ্রমগী
মঙাল থরদি পীরম্মী। গুরুগী মনাক্ত বিদ্যা তম্নবগীদমক্ক
লাক্লিব ছাত্রশিংদু ব্রহ্মচারী হায়না কৌনৈ। আচার্য্যনা অদুগুম্ব
শিষ্যশিং অদু মখোয়গী মনাক্ত থম্মী অমসুং শিক্ষা পীরম্মী।
মতম অসিদ ব্রহ্মচার্য্য পালন তৌবসি ছাত্রশিংগী অকনব মথৌ
ওইরম্মী।

ঋগ্বেদগী ছন্দ :— ঋগ্বেদ অসি ছন্দন য়ামদুনা থম্নি।
য়াস্কন "ছন্দ" শব্দগী অর্থ "ছদ" ধাতুদগী থোরকপনি। মসিগী
অর্থন — কুপশিনব হায়বনি। শব্দশিংবু হেন্দোক থোইদোকপ
মখুম অমদ খুমজিন্দুনা থম্বু ছন্দ হায়না খঙনৈ। মন্ত্রশিংগী পাঠ
অমদি অর্থ অসি ছন্দগা জ্ঞান য়াওদনা খঙ্ক ওইথোক্তে। বেদগী

নোংপোক অমদি নোংচুপ অনীমক্কী সভ্যতা, সংস্কৃতি অমসুং দর্শন খেন্নবন অনীমক্কী পোথোক ওইরিব সাহিত্যশু খেন্নব-তাবনি।

(i) গ্রীক অসি নো চুপ্লোমগী সভ্যতাগী ইহান হানব হৌরকফম্নি। গ্রীক সভ্যতান শৈথ তারক্লবদ রোম সভ্যতা চাওখৎলকখি। রোমন গ্রীক সভ্যতাগী পারা নাংথিন তমল্লবগ য়ুরোপকী লমদম পুম্নমক্ক সভ্যতা অমসুং সংস্কৃতিগী শিক্ষা পীখি। গ্রীক সভ্যতাগী হৌরকফমদি নগর (City) নি। নগর (City) খুদিংমক রাষ্ট্র অমা রাজ্য অমমম ওইরম্মী। নাগরিক খুদিংমক মখোয়গী পুন্সিগী মরু ওইব উদ্দেশ্যদি মখোয় মখোয়মন শৈরিব রাজ্যশিংগী অহংগী কন্ননব, শেল থুমগী ফিভম ফগৎননব হোৎনবন মরু ওইখি। মতম পুম্নমক্ক রাষ্ট্রিয়তা, সম্রাজ্যবাদীগী ভাব অসি নাংদ থমহুন মতম পুম্নমক্ক অতোপ্পা রাজ্যবু লোশিন্দুনা লৈবাক শন্দোকপ, শেল-থুম লোশিনব, লাম হৌনব অসিন মরম ওইহুন য়াম্নমক ময়েংনব পুন্সিগী খুংলেন্দ লেম্নরম্মী। মখোয়না শুপ্পগী ভৌতিক সুখদনক ফংখি। কৈদৌউবদসু আধ্যাত্মিক সুখ ফংননগী হন্না থিরমদে। থিননবগী মতমসু ফংলমদে। অহুন গ্রীক অমসুং রোমগী দর্শন অসি ভৌতিক সুখন য়ুক্কম ওইখি। শম্ম হায়রবদ য়ুরোপকী দর্শনদি City State কী য়াম্নমক চিল্লব অমদি চয়েৎনরব রাতারবন্দ শাগৎখি। অহুন মখোয়গী দর্শনদি ভৌতিক দর্শননি।

মহুগী ওন্না তৈনবদ ভারত ভুমি অসিদি লল থুমগী অরাৎপ লৈতব লৈবাক অম ওইরম্মী। অহুন বৈদিক যুগদি স্বর্ণ যুগনি। অহুন ভারতীয় সাহিত্যগী হৌরকফমদি বৈদিক যুগকী সভ্যতা, সংস্কৃতি অমদি দর্শনদ য়ুক্কম ওইখি। ভারতীয় দর্শনদি জীবনগী য়াম্নমক শান্ত ওইব রাতারবন — বানপ্রস্থ অমদি সন্ন্যাস আশ্রমদ হৌখি। হায়বদি ভারতীয় পরম্পরাগী মতুংইন্না পুন্সি অসি শরুক মরী খোক্ন থায়দোকই — (i) ব্রহ্মচার্য্যাশ্রম, (ii) গৃহস্থাশ্রম,

(iii) বানপ্রস্থাশ্রম, (iv) সন্ন্যাসশ্রম। অহানবগী আশ্রম অসী অসি পুন্সিগী য়াম্নমক লৈতাদব ফিভম্নি। ভারতীয় নাগরিকশিংন আশ্রম অনি অসিগী মতুংদ য়াম্নমক শান্ত ওইরব ( ভৌতিক দুঃখগী ফিভম অসি লৈত্রব ) বন্দ লৈদুনা লৈতাব ফিভম ফংলব মতমদ্ মশাগী রাখল থাদোকতুন মানব-কল্যাণগীদমক্ত ওইব রাখল পুথোরকপ ঙমখি। অসিগুম্ব অরে য়ব আশ্রম অনী অসিদগী থোরকপ রাখল অসিদি ভূৎ-ভবিষৎ বর্ত্তমানগী মঙ্গলগী মশক ওইব রাখলতন মরু ওইখি। মসিনি ভারতকী দর্শন, সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতাগী হৌরকফমদি। মসিগী মতম অসিদদি আধ্যাত্মিক সুখ ( Spiritual pleasure ) ফংদুনা মানব-জাতিগী কল্যাণতবু থন্দুনা পুথোরকখি। নোংচুপলোমগীন জীবনগী য়াম্নমক চয়েৎ-নরব অহানবগী আশ্রম অনী অসিদ হৌখি। অদুনা মখোয়গী দর্শনদি ভৌতিক সুখনি হায়না মথও পানগ্রিবসিনি।

ভারতীয় দর্শনগী মুখ্য উদ্দেশ্যদি আধ্যাত্মিক ভাবন থল্লব মোক্ষ ফংদুনা মতম পুম্নমকী ওইব শুংঙাইবদ তিনশিন্দুনা লৈবসিনি।

ঐখোয়না করিগুম্ব লমদম অমগী সাহিত্য নৈনব মতমদ, লমদম অদুগী দর্শন, সংস্কৃতি, ধর্ম্ম অমদি জাতীয়তাগী ভাবশিংসি খঙত্রবদি মদুদ মমুত্তান নৈনবসি ওইথোক্তে। লমদম অদুগী মথক্কী রাফমশিংসিগী খেন্নবন মরম ওইদুনা মদুগী পোথোক ওইরিব সাহিত্যদসু অদুম্মক খেন্নব হায়বসি মশান তাঙরব রাফমনি। মরমদি সাহিত্য হায়বসি সমাজ অদুগী মমিনি। কনাগুম্ব প্রতিভা লৈরব লেথক অমন মনিংতম্ব ব্যক্তিত্ব লৈদুনসু মান লৈরিব দেশ অমসুং জাতি অদুগী হৌখিব অমদি ওইরক্কদব মতমগ মরী লৈনগনি। মহাক্ত মাগী দেশ অমসুং জাতি অদুগী থোইদোকপ গুণশিংদুগী প্রতিনিধি ওইরি। মতৌ অসুম্ন মী অমগ মী অমগগী ব্যক্তিত্ব অসি খেন্নে। অদুগুম্ব দেশ অমসুং জাতি খুদিংগী মশা

মশাগী ব্যক্তিত্ব আদর্শ. অমসুং ৱাখল অসি অতোপ্পা দেশ অমগ খেন্নে। অসিগুম্ব খেন্নবসি মাগী মাগী সাহিত্যদ য়াম্ন শেংন মমি তারি। খুদমগী মশক ওইন হায়র'দ ভারতীয় সাহিত্য অমসুং য়ুরোপীয়ন সাহিত্য অনীনক অসি দেশ অমসুং জাতি খেন্নবগী মতুংইন্না অমদি লমদম অনীমক্কী দর্শন, সংস্কৃতি, ধর্ম্ম খেন্নবসিন অনীমক্কী পোত্থোক ওইৱিব সাহিত্যস, অহুম্মক খেনৈ।

ধর্ম্ম প্রধান-আধ্যাত্মিকতাসি ভারতীয় সাহিত্য অমসুং জীবনগী খ্বাইদগী অথোইব গুণ অমনি। আত্মা তত্ত্ব ফংননব হোৎনবসি ভারতীয় মিংয়েং মতুংইন্না ভারতীয় খুদংমক্কী উদ্দেশ্যনি। অসিগুম্ব আদর্শ অসিগী মতুংইন্না ঐখোয়গী দেশগী সামাজিক, রাজনৈতিক জীবন অসি শেমখি। গ্রীক অমসুং রোমানশিংদগী ওন্নন ভারতীয় রাজনীতিগী ব্যবস্থা মতৌ অসুম্ন শেমখি, ব্যক্তিদ প্রধানতা পীখি, সমাজ অমসুং রাষ্ট্রগী প্রভুত্ব ৱাংলি। মীয়াম্না দেশকী রাজনৈতিক স্থিতিগী মরমদ থওইদন আধ্যাত্মিক চিন্তন্দ থোইদোক্না পুক্নিং চংলম্মী। রাজনৈতিক অবস্থা থওইদবগী ফলগী মশক ওইন দেশদ রাজনৈতিক, রাষ্ট্রিয়তাগী অৱাংপা লৈখি অমসুং ধর্ম্মিক, রাষ্ট্রীয়তাগী বিকাস ওইখি। ভারতীয় জীবনদ ধর্ম্মগী মরী অসি ক্ষেত্র পূম্নমক্ক লৈনৈ — রাজনীতি, সমাজ, ভৌতিক সুখ স্ববিধাগী সাধন পূম্নমক ধর্ম্মগী মনুং চল্লি।

আধ্যাত্মিক ভাবনাশিংন মরু ওইদুনা ভারতীয় দার্শনিক অমসুং তত্ত্বজ্ঞানীশিংন জীবনগী মপানগী শক্তমদ ৱাখল তৌদুনা মনুংগী ( আধ্যাত্মিক ) ভাবনাদ ওনশিন্দুনা, ভৌতিক সুখ সাধনগী খুদোংচাবশিং থম্দনা সচ্চিদানন্দগী স্বরূপ পরমাত্মা অমসুং মোক্ষ ফংনবগী মাইকৈরোমদ মায় ওনশিল্লি।

মমাংঙৈগী ভারতকী লল-থুমগী অৱাং-অপা লৈত্রব ভারতভূমিসিদি ভারতীয়শিংবু ভৌতিক চিন্তাশিংদগী থাপ্ন বাহ্য জাংক

য়েংবদ মুঙগী সংসার অসি থিননবগীদমক্তে কন্ন হোৎনরম্মী। ভারতীয় সাহিত্যদসু আধ্যাত্মিক ভাবনাশিং মরাং বায়ন লৈ। ঐখোয়গী দার্শনিক অমসুং তত্বজ্ঞানীশিংগী মতৌগুম্ন সাহিত্যিকশিং অমসুং কলাকারশিংনসু জীবনগী ভৌতিক পক্ষশিংদ বিচার পীদদুনা আত্মিক পক্ষগী চাং তৌখি। খুদনগী মশক ওইন ঐখোয়গী সাহিত্যদ আধ্যাত্মিক সমস্যাশিংগী য়াম্ন কুপ্প নৈনরম্মী অদুগুম্ব জীবনগী লৌকিক পক্ষগী অতুক য়াম্না কুপ্প নৈনরদ্রে। প্রকৃতিগী বিরাট ওইবা স্বরূপ অজ্ঞাত অমদি রহস্যময় শিনবগী হোৎনদুন লৈরম্মী। "রামায়ণ" দ ভারতকী তপোবনদগী পেক্লকপ আধ্যাত্মিক সংস্কৃতিগী দর্শন লৈ। মহাভারতকী কবিনা জীবনগী ভৌতিক সুখ স্বুবিধাগী মসুংচম্ন লৈদুনসু আধ্যাত্মিক সন্দেশ হু পচিল্লম্মী। মতৌ অসুম্ন জৈন অমসুং বৌদ্ধ সাহিত্যদসু আধ্যাত্মিক ভাবনাশিং য়াম্না কায়ন য়াওই।

গুপ্তকালগী বিলাস-বৈভবদ য়াওনদুনা লৈরব কবি কালিদাসনা শিব-পার্বতীগী নুপ্প শৃঙ্গারগী বণন তৌই। তৌইরুম্বসুং ভারতকী পরম্পরাগী মতুংইন্ন আধ্যাত্মিক ভাবনাদগী প্রভাবিত ওইদুনা কালিদাসনা পার্বতীবু শিবজী ফংননবগীদমক্তে তপশ্চর্য্যাদ পুক্লিং লুপতুনা লৈহনখি। মসিদগী অহানবা পার্বতীগী কামুক প্রেম অদু মৈমথংদ আধ্যাত্মিক ভাবনাদ ওন্থখি। মদুগী মতুংদা মহাক্ক ভৌতিক ক্ষণিক প্রেমগী ভাববু থাদোক্লগা আত্মিক সৌন্দর্য্যগী আশ্রয় লৌদুনা মবুঙো ফংখি। মতৌ অসুম্ন "অভিজ্ঞান শকুন্তলম্" দ প্রেমগী হৌরকপসি ইন্দ্রিয়গী অপাম্বগী মখাপোন্ন লৈরম্মী, তৌইরুম্বসুং অদুগুম্ব ভৌতিক সুখ অদু আধ্যাত্মিক প্রেমদ ওন্থরবতদ মপুরোইববু ফংবা ঙমখি। মশাগী অরাব অমদি কায়নবগী প্রেমদ শকুন্তলানা মশাগী অপাম্বদু থাদোক্লুনা মপুরোইববু আধ্যাত্মিক প্রেমদ লুপ্লবতদ দুষ্যন্তবু ফংবা ঙমখি।

হিন্দী, বঙ্গালী অমস্থুং মণিপুরী সাহিত্যদস্থু ভক্ত কবিশিংগী কবিতাশিংগ আধ্যাত্মিক তত্বশিংবু ফোংদোকই। কৃষ্ণগ মফ-দ মীরাগী প্রেম আধ্যাত্মিক ভাবনাশিংদ শিনব থুংন লুপই। কবীরগী প্রেমন থল্লব উক্তিশিং অজ্ঞাতকী শক্তম ফোংদোক্ল। জায়সী, কুতবনগী প্রেম বর্ণনস্থু আধ্যাত্মিকতগ হেন্ন মরী লৈনৈ। রী-তিকালগী কবিশিংন মখোয়গী শৃঙ্গারিক বাসনাশিংবু রাধা অমস্থুং কৃষ্ণগী বর্ণনগী মশক্ত আধ্যাত্মিকতা পীননব হোৎনৈ। মতৌ অসুম চৈতন্য অমস্থুং মাগী সম্প্রদায়গী ভক্ত কবিশিংন রাধা কৃষ্ণগী মফমদ আধ্যাত্মিক ভাবশিং হাপকৎতুন মধুর রসদ লুপতুন লৈখি।

মনিপুরী সাহিত্যদস্থু মধ্যকালগী কবি অমস্থুং ভক্ত রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনচিংবন রাসলীলানচিংব ভক্তি সাহিত্য কয়ামুক্তী খুদোল তম্নমখি। হৌজিক ফাওবদ বৈষ্ণব পদাবলী, নরোত্তম-ঠাকুরগী লালসা অসিনচিংব ভক্তি সাহিত্য কয়ান মনিপুরী সাহি-ত্যদ আধ্যাত্মিকতত্ব কয়াগী মচাক্ত ঙনোৎ হাপকৎলি।

ভারতকী আধ্যাত্মিক তত্ব অসিদি চুম্নগী সাহিত্যদস্থু নত্তন রাজনৈতিক ক্ষেত্রদস্থু পৃথিবীগী রাজনৈতিক ক্ষেত্রদ মশাগী তোপ তোপ্প মফম অম চাওন কন্দুন থম্লি। খুদমগী মশক ওইন — রাজনীতি হায়বসি হিংসা অমদি লান্নদ য়ুম্ফম ওইবনি। মসি হৌজিক্কী পৃথিবীগী সাইন্স অমসুং তেক্নোলোজিগী চাওখৎলব যুগ অসিদ লৈবাক অমন লৈবাক অমগী লল-থুম লৌশিন্দুন মশাগী লম চাওথোক্নব মশাগী প্রভুত্ব থম্নব হিংসাগী অকিব থবক কয় তত্তন থোকহল্লি। অসুম্ন পৃথিবীদ মিৎকুপ্প মাংব য়াব খুংগু খুংলাই কয়ামুক পুথোক্রক্লব মতম অসিদ ভারতন মশাগী ধার্ম্মিক অমসুং দার্শনিক পরম্পরাগী মতুংইন্ন পৃথিবীগী জাতি অমসুং মানব কল্যাণগী রাখলন মাংদ থম্নতুন চাওরব সিদ্ধান্ত পুথোক্লি — অহিংসা, সত্য, শান্তি। মসিমক হসি চাওখৎলন

বৈজ্ঞানিকশিংনা পুথোকপা উন্নত্র, খস্থতুন অমুক্ত য়েংবিয়ু। অসুম্ন মীওইব জাতিগী মঙ্গলগী ওইব রাখলতবু মাংদ থনতুন ভারতনা কয়াদ কম থেনজিল্লি। হৌজিকসু মকোক থোংব লৈবাক পুম্নমক্ক ভারতকা পিদ্বাংবু স্বাগত তৌখিদনা করম্ব লৈবাক য় ওরিবগে? মসিনি ভারতকী আধ্যাত্মিক ভাবনাগী ফলদি।

ভারতীয় সাহিত্যদ ইখোয়গী দেশগী সংস্কৃতিগী তোপ তোপ্প গুণ অসি ফম্নবা হোংনতুন লাক্লি। ইখোয়গী সাহিত্যিক অমসুং কলাকারশিংনা জীবনগী তোঙান তোঙানবা তত্তশিং — আশা-নিরাশা, সুখ-দুঃখ, হর্ষ-বিষাদ অসিনচিংবা তোঙান তোঙানবা তত্তশিংবু পুনশিন্নবা হোংনতুন লাক্লি। ঐখোয়গী কলাকারশিংনা জ্ঞান, ভক্তি অমসুং কর্ম্মগী তোঙান তোঙানবা লমশিংগী অন-থৈগী লৈ য়বু মুথংতুনা অমত্ত ওইশন্নবা হোংনতুন লাক্লি। আ-দর্শবাদী বিচার পারাশিংসি ঐখোয়গী আধ্যাত্মিক প্রধান ওইবা জীবনগী দান অমনি। মথল মখা অমাদি হাংনা শুনবগী য়ারী উৎলবস্তু মমেদ সত্য অমসুং ধর্ম্মগী বিখ্যানা হা বস উংলি।

ভারতীয় কলাকারশিংনা মানব জীবনগী ভাগ্যাসি মতম পুম্ন-মক্ক মাংদ থমতুনা চংথরি। ভারতীয় কলাকারশিংনা জীবন অমসুং মৃত্যু পুনশিন্নবগী থবক অসি পায়খংতুনা লাক্লি। তশেংনা ভারতীয় সাহিত্যগী মরাদ "বহুজন হিতায়" গী ভাবনা অসিনা থবক তৌতুনা লাক্লি, মসি মীওইব জাতিগী মঙ্গলগা থবক তৌই হায়বসিনী লৈংত্রা পুদন অমনি।

ভারতীয় দর্শনগী হৌরকফমসি জীবনগী য়ামমক শেংলবা বান-প্রস্থ অমসুং সন্ন্যাসীগী আশ্রমদ ওইথি। মসিগী হৌরকফমসি মশাগীত ওইবা রাখল থাদোক্তুনা মীওইবা অমদি জীব পুম্নমক্কা কল্যাণগী রাখলদ য়ুম্ফম ওইতুন লৈরকপি। মসিনি ভারতীয় দর্শনগী য়ুম্ফম। অদুন ভারতীয় দর্শনদ য়ুম্ফম ওইখিবা ভারতীয়

সাহিত্য, ধর্ম্ম রাজনীতি, আয়ুর্বেদ্য অসিনচিংদ বিভাগ পুম্নমক অসি মানব জাতিগী কল্যাণ ওইননবা রাখলতবু মাংদ খনন্তনা পরক চখরি। অদুন ভারতীয় বিদ্যা পুম্নমক অসি আধ্যাত্মিক তত্ত্বদ য়ুম্ফম ওইদুনা অলৌকিক সুখ অমসুং আনন্দ ফংননবা হোৎনৈ। অতোপ্পশিংবুসু অসিগুম্ব আনন্দ অসি পীননবা হোৎনদুনা লাকলি। মদুনা সংসারগী জাতি পুম্নমক্না ভারতকী দানবু ফিগাও শাদুনা য়ানরি।

মতৌ অসুম্ন ভারতীয় দর্শনগী য়ুম্ফমদ শাগৎখিবা ভারতীয় সাহিত্য অসি মতম পুম্নমক্ত সুংঙাইবা ফংননবা হোৎনরি। অদুন ভারতীয় সাহিত্য অসিগী মুখ্য উদ্দেশ্যাদি ব্রহ্মানন্দগী হেক মান্নথংদা লৈবা রস ফংবনা ওই। অদুন রসনা ভারতীয় সাহিত্যগী অমত্ত ঙাইরবা লমথু ফম ওইনি।

ভারতীয় দর্শন অসি সম্প্রদায় তরুক থোক্ল খায়দোকই। সম্প্রদায় তরুকমক্কী লম্বু খনাদি মোক্ষ (Salvation) ফংনি। মদুগী সাধন খেনবতনি। অদুন ভারতীয় দর্শনগী সম্প্রদায় তরুক্কী মতুংইন্না অলঙ্কার শাস্ত্রগীসু সম্প্রদায় তরুক থোক্ল খায়দোকই। মখোয়শিংনা কাব্যগী আত্মা ওইবা শক্তম অসি ফংননবগী মশা মশাগী ওইবা অপাম্ব পুথোক্লম্মী। (i) রসসিদ্ধান্ত — ভরত মুণি, আচার্য্য বিশ্বনাথন মরুওইবনি। সম্প্রদায় অসিন রসবু কাব্যগী আত্মানি হায়না লৌখি। (ii) অলঙ্কার সম্প্রদায় — ভামহ অমসুং দাণ্ডি মরুওইবা প্রতিপাদকনি। মখোয়না কাব্যগী আত্মা অলঙ্কারনি হায়না লেপ্লম্মী। (iii) রীতি অমসুং গুণ — বামনন মসিগী মরুওইবা আচার্য্যনি। মহাক্ন রীতি অমসুং গুণনা কাব্যগী আত্মা ওইনা লৌখি। (iv) বক্রোক্তি সম্প্রদায় — কুন্তকনা সম্প্রদায় অসিগী হৌদাক্লম্ব আচার্য্যনি। মহাক্ন বক্রোক্তিবু কাব্যগী আত্মানি হায়না পুথোক্লম্মী। (v) ধ্বনি সম্প্রদায় — সম্প্রদায় অসি হৌদাক্লম্ব

আচার্য্যদি আনন্দবর্ধননি। মহাক্ক কাব্যগী আত্মা ধ্বনিনি হায়না লেপখি। (vi) ঔচিত্য সম্প্রদায় — সম্প্রদায় অসি হৌদোকলম্বদি আচার্য্য ক্ষেমেন্দ্রনি। মহাক্ক ঔচিত্যবু কাব্যগী আত্মানি হায়না পুথোকখি।

আচার্য্যশিংনা মাগী মাগী সম্প্রদায়গী মত অসি কাব্যগী আত্মা তত্বনি হায়না লৌনরম্মী। অদুমণ্ডইনমক ভারতীয় পরম্পরাগী মতুংইন্না কাব্যগী শরুক অনী থাক্ত খায়দোকই — (i) ভাবপক্ষ, (ii) কলাপক্ষ।

(i) ভাবপক্ষ — কাব্যগী আত্মাতত্বদি ভাবপক্ষনি। হায়রবদি অলৌকিক আনন্দ ফংবা হায়বসি সুন্দর পদ-রচনান থক ওইদুগাক্কে, মতুংগী মথক্ত সুন্দর পদ লালিত্যন থম্ব পদাশব্দগী ফংলক। অর্থশিং খণ্ডলগা থম্মোইদা হায়রকম খণ্ডদ্রব নুংঙাইবা অমা ফাওরকই, অদুগুম্ব নুংঙাইবা অদুদ শুপ্নগ ইশামক অমদি সংসার পুম্মক্ক কাওথোকই। অদুগুম্বা নুংঙাইবা (আনন্দ) অদু রসনি। মসিমক কাব্যগী আত্মানি। মসিবু ভাবপক্ষ হায়না কৌই।

(ii) কলাপক্ষ — শব্দ অমসুং অর্থনা কাব্যগী শরীরনি। অদুনা রস নত্তনা লেনখৌরিবা সম্প্রদায় মঙা অদুদি কাব্যগী শরীর ওইরিবা শব্দ অমসুং অর্থগী মগুণ ফোংদোকপা ওইনা কাব্যগী আত্মা তত্বনি হায়না লৌনৈ। অদুনা মখোয় মঙা অদুমকপা কলাপক্ষ হায়না শীথানরি। খুদম্বী মশক ওইনা অলঙ্কারনা লৈতংনি, গুণ অমসুং রীতিনা হকচাংগী সত্ব, রজঃ, তম গুণ ৩ গুণ ওইরি বক্রোক্তিনা শব্দ অমসুং অর্থগী শক্তম হেনগৎহনবা সাধননি। ঔচিত্যসু অদু মঙাই।

ভারতকী পরম্পরাগী চৎনবী মতুংইন্না আ-বৈদিক যুগতগী হৌরদুনা বেদগী অমত্ত ঙাইরবা লমথুংকমদি মোক্ষ (Salvation) ফংনব হোৎনবনি। মোক্ষ অসি সংসারগী বাংমদ্দ লৈবদ্দ অয়েং

তাব লৈত্রব অমত্ত ৱাইরব মুংঙাকীব অহুবুনি। মতুদ য়ুক্কন ওই- খিব ভারতীয় দর্শনগী মুখ্য লক্ষ্যসু মোক্ষনি। অহুন ভারতীয় দর্শনগী মুক্কমদ শাগংখিব সাহিত্যগী লমথুংকমসু মোক্ষগী হেক ৱমথংদ লৈব ব্রহ্মানন্দ সহোদর ওইব মুংঙাইব অহুনি।

সংস্কৃত সাহিত্যগী অলঙ্কার শাস্ত্রগী ইতিহাসদ অহানবা রস সম্প্রদায় হৌদোকপসি ভরত মুনিনা (খৃষ্টগী মমাং চাহি ২০০)। অহুবু মাগী মমাংদ নন্দিকেশ্বর লৈবম্বগী রাফমসু খরৈ। অহু.- ওইনমক প্রত্যক্ষ প্রমাণ ফংদবদগী ভরতনা রস সম্প্রদায়গী হৌ- দোকপনি হায়বসি অমত্ত ওইনা লৌরৈ। সম্প্রদায় অসিগী মরু- ওইব আচার্য্যশিংদি ভরত, আনন্দবর্ধণ, বিশ্বনাথ, জগন্নাথ অসি- নচিংবশিংসিনি।

ভরত মুনিনা মাগী নাট্য-শাস্ত্রদ অসুম্ন ইরমই :—

"নহি রসাদৃতে কশ্চিদর্থঃ প্রবর্ত্ততে"।

রস য়াওদনা করিগুম্ব অর্থ অমত্ত পোক্তে। মথংদ "বিভা- বানুভাবব্যভিচারিসং- যোগাদ্রসনিস্পাত", বিভাব, অনুভাব, ব্যভিচারী ভাবশিং তিন্নবদগী রস পোকই। মথংদ রাজশেখরনা কাব্যমীমাংসাদ অসুম্ন ইরম্মী :— "শব্দার্থৈ তু শরীরং রসঃ আত্মা" শব্দ অমসুং অর্থনা হকচাংনি, রসনা কাব্যগী আত্মা ওই। মথংদ পণ্ডিতরাজ বিশ্বনাথনা অসুম্ন ইরম্মী - "বাক্যং রসাত্মকম্ কাব্যম", রসনা আত্মা ওইব বাক্য অহু কাব্যনি। রসনা মরুওইব আচার্য্য- শিংগী মনুংদ কবিরাজ বিশ্বনাথগী মফম থোইদোক্ত শাথানবা যাই।

রস স্বরূপকী মতাংদ বিশ্বনাথগী মতবু কুপ্প লৈনহুন য়েংসি।

"সত্ত্বোদ্রেকাদখণ্ডঃ স্বপ্রকাশনন্দচিন্ময়ঃ
বেদ্যান্তর স্পর্শশূন্যো ব্রহ্মাস্বাদসহোদরঃ।
লোকোত্তরচমৎকারপ্রাণঃ কৈশ্চিৎপ্রমাতৃভিঃ
স্বাকারদভিন্নত্বেনায়মাস্বাদ্যতে রসঃ।

মথক্কী রাফমসি মচেৎ পিরু পিরু খায়দোক্নুন নৈনরগ, বিশ্বনাথকগী রস মত অসি কয়াদ বৈজ্ঞানিক ওইন থনম্বগে হায়-বদু ময়েক শেংন খঙব ঙমগনি —

সত্বোদ্রেকাদ—আচার্য্য বিশ্বনাথকী মত মতুং ইন্ন অস্থুম তাক্লি—সত্বগুণন অতোপ্প রজঃ অমদি তমঃ গুণবু নমহৎলগ লৈব মতমদ রস অসি পোক্লকই। রজঃ অমদি তমঃ গুণন মপুং ওইব মতমদ হায়বদি অঙকপ অমসুং পংথবন মপুং ওইব মতমদ রস অসি থক পোক্তে। থর শন্দোক্ল হায়ব তারবদ নাটক য়েংলিব অমদি কাব্য পারিব ভাবুকশিংগী থম্মোইন অপাম্ব কল্লকপনচিংব রাখলশিংদগী থাপ্প লৈহনুন, মথোয়গী থম্মোইন সত্বগুণন রজঃ (অরাব) অমঃ (অঙকপ—পংথব) অনীমকপু নমহৎলগ মাগী অধিকার তৌব মতমদ অলৌকিক আনন্দ (মপান মাইরব সংসারদগী তোপ তেপ্প মুংঙাইব) তম ফংই। নাটা য়েংব অমসুং কাব্য পাবদ পুক্নিং অসি চপ য়ুংন মুঙাইব অসি ফাওরক্লব মতমদ মহাক্কী আহ্লাদ কুপশিন্দুন লৈরিব তমোগুণ অমসুং রজোগুণগী পর্দায় অদু হায়দোক্লগ জীবাত্মা অসি সত্বগুণন থন্ন লৈ। মাদুদ জীবাত্মা অসি সংসার পুম্নমক্কা অমত্ত ওইবগী শক্তি অম লাকই। মতম অদু ব্রাহ্মানন্দ মুপ্তুন লৈব হায়ন থঙনৈ। অদুগুম্ব মীওই অদুগী থম্মোইগী ক্ষিভম অসি সাটারণ হায়বদি অসাধারন ওইরম্বদগী সাধারন ওইরক্লে, মতম অদুদ মহাক অদু রস ফংবনি। মরম অসিন বিশ্বনাথন রসগী পোক্লকপসি সত্বগুণন প্রধান ওইব মতমদ ওই হায়খিবনি।

রস অখণ্ডনি—রস অসি মচেৎ ওইব জ্ঞান নত্তে। রস অসি স্থায়ী ভাবকী অতোপ্প মমিং অমনি, মাদুন বিভাব অনুভাব অমসুং সঞ্চারী ভাবশিংগ তিন্নদুন অমত্ত ওইব শক্তম হেক ফংব

ওয়ুবদ। অপোংনবক মথোয় মরীমকী অপুনব জ্ঞান অতুবু রস কৌই। মভী অসিগী তোঙান তোঙানব শরুক অমম্ম রসগী মচাক অমমম ওই। তোঙান তোঙানব শরুক মরী অসিগী পুন্সিনব মতম অদুতদ রস ওই। নত্রবদি রস থক ওইব য়াদে। অদুন রসবু অখণ্ড হায়না শীংথানরিবনি। খর পাক চাওন হায়রবদ সর্ব্বত অসি, ঈশিং, চিনী, খোইহি কর্পূর, চম্প্রা ময়াম অসিন পুল্লবতদ খঙনৈ। মখোয় ময়ামগী তোঙান তোঙানব মহাওশিং অদুন পুল্লগ মহাওদগী খোইদোক হেন্দোকপ মহাও অম ফংই, মাদুবুনি সর্ব্বত হায়নরিবসি। ঈশিং মতোমতন, চিনী মতোম-তন থক সর্ব্বত ওইব য়াদে, লোয়নন তোঙান তোঙানব শরুক অসিগী তোঙানব মতমদ সর্ব্বত ওইদে। অদুন ময়াম অদুগী অপুনববু সর্ব্বত হায়না খঙনরিবনি। অদুগুম্ব রস অদিন্ত বিভাব, অনুভাব, সঞ্চারীভাবগ তিন্নরব স্থায়ীভাব অদু রস ওই।

রস স্বয়ং প্রকাশনি অমসুং চিন্ময়নি:—রস অসি [পোকপ নত্তে, ফোংদোক্লকপনি। মসি ব্রহ্মগী মতৌগুম্ব মশামক ঙাক্সুন লৈজব পোং অমনি রস অসি নিত্য ওইব ভত্বনি। মদু তমোগুণ, রজো গুণনচিংবগী ময়াদগী পোক্লকপ পদার্থ অদুন খুনজিল্লি, মদু নাট্য য়েংব কাব্য পাবদগী, মায়াগী পদার্থশিংদু হায়দোক্লন সত্ব-গুণ ওইরকপদগী মশামক্ক হেক্ক ঙাক্সোরকপনি। মতৌ অমুম্ব রস ফংব মতমদ আত্মজ্ঞানগী মঙালন মরম ওইদুন খংঙাল ঙাক্সোরকই। মসিদ ইন্দ্রিয়াগ মরি লৈনব আনন্দ অদুদগী হেন-দোকপ আত্ম জ্ঞানগী অকব মহাও অদু ফংই।

রস বেদ্যান্তর স্পর্শ শূন্য:—রশ অসি আসস্বাদ নতৌব মতমদ অতোপ্প কারিগুন জ্ঞেয় (খঙনিঙাই ওইব) পোংশিংগ থক শমদে (মরি থক লৈনদে) নাট্যগী দর্শকশিন মহাক নশামক

নাট্যমালাদ লৈ হায়বফাওব কাওথোকই। দর্শকশিংন সংসারিক ঔপাধিক ভেদ হায়বদি নিংথৌনি, প্রজানি, লাইরবনি, ইনাক খুনবনি হায়ব মশা মশাগী ওইব ফিভমশিংদু রসদ লুপ্লিরৈ মতমদ লোয়ন কাওথোক্লুন অমত্ত ওইবা রাখলদ লৈ। মসিমক মশাগী সংসারিক গর্ব, অহংকার, দীনতানচিং ভাবশিংদগী কোভান্ন পুম্নমক অসি অমত্ত ওইব রাখলদ চপ মান্নন নুংঙাইমিন্নব ফই।

রস ব্রহ্মাস্বাদ সহোদরনি:—রসন মরম ওইদুনা অসিগুম্ব মখলগী নুংঙাইবসি ফংই, মাদুদি কনাগুম্ব সাধক যোগীশিংদ ব্রহ্ম সক্ষাৎকার ওইরিঙৈদ ফংখিব আনন্দ অদুমক, নাট্যগী দর্শক অমদি পাঠকশিংন্সু ফংখি। ব্রহ্ম আস্বাদ তৌব মতমদ যোগীন ইন্দ্রিয় বিকারশিংদগী মতম পুম্নমক্কী ওইনা মরী লৈনদে, মাদুদগী থাপ্প নাস্থোক্লুন লৈ। অদুবু ক্যব্য আস্বাদ তৌব মতমদ সহৃদয় ওইবশিংন মতমদুগীদমক্ক ওইনা ইন্দ্রিয় বিকারশিংদগী কোকখি, অসিগুম্ব মুক্তি অসি আধ্যাত্মিক ফংনব অরান খুভমদগীদি খর ফাওব হৈদে। কাব্য আস্বাদ তৌব মতমদ সহৃদয়শিংগী বতি নচিংব স্থায়ীভাব পুম্নমক অসি লেংদোরকই; তৌইগুম্বসুং পুম্নমক থাংগিবদি নত্তে, ব্রহ্ম আস্বাদ তৌবদদি পুম্নমক অসি মাংখ, অমুক হন্ন ময়োল চোংলক্তে। অদুন রসগী আস্বাদ অসি স্তুপ্প ব্রহ্মগী অস্বাদগী খরতমক হৈদে হায়ন হায়নরিবনি।

রস লোকোত্তর চমৎকারপ্রাণ:—চমৎকার (থংম্মাইগী মপুং ফান ফুগায়রকপদগী পোক্লকপ নুংঙাইব) লোকোত্তর—ইহ লোক-তগী রাংমদ লৈব হায়বদি পুম্নমক্কগী অহেনব ওইব অ... অদুবু থঙনৈ। দর্পণকারগী মত মতুং ইন্ন রস হায়বসি ইন্দক মপোক্কী হুংঙাইব পুম্নমক্কগী অথোইব অদুগুম্ব নুংঙাইব অদুনি।

লৌকিক ভবনাদগী মীংইব। নুংঙাইব অমসুং অর ব

তম্মু অমদি তম্নিংবগী বাফ। খক ওইংখোক্তে। অতুন বিদ্যা পুন্নমক্কী লংলোদোক্ক মাগী মাগী কান্নবতু হান্নন পীনব হোংদৈ। খুদমগী ওইনা শক ওইন ভারতীয় দর্শনগী বেদান্তশাস্ত্রগী রাহোংদা "অনুবন্ধ চতুষ্টয়" গী রাফম অসি কু মাসগী মাম্নক লেংনব খুদমগী।

সংস্কৃত সাহিত্যগী অলঙ্কার শাস্ত্রগী (Criticism) ইতিহাসদ কাব্য (সাহিত্য) গী প্রয়োজনগী মরী লৈনব রাফম অসি হান্না কান্ন ভরত মুনিন (খৃষ্টগী মমাং ২০০) মংগী নাট্য শাস্ত্রদ ইরম্মী:—

দুঃখার্ত্তানাং শ্রমার্তানাং শোকার্তানাং তপস্বিনাম।
বিশ্রামজননং লোকে নাট্যমেতদ ভবিষ্যতি॥ ১/১১৪

নাট্য শাস্ত্রদ ব্রহ্মাজীন হায়রমী— নৌম ইখিব নাট্য (Drama) অসিনা অবাব তারব, লোকথরব, খুদোংথিবতারবা, তপস্যা তৌদগা ... রাবগী মীশিংবু মকনচা নুংঙাইব পীব ঙম্মি

ধর্ম্মদং যশস্যমায়ুষ্যং হিতং বুদ্ধিবিবর্দ্ধনম।
লোকোপদেশজননং নাট্যমেতদ ভবিষ্যতি॥ ১/১ ৫

নাট্য অসিনা ধর্ম্ম, মিংচৎ পুন্সি হেনগৎহল্লি, কান্নহল্লি, বুদ্ধি-লৌশিং খোবহল্লি অমসুং মীয়ামদ কান্নব পাউত্ত ক পীরি।

অহো নাট্যমিদং সম্যক ত্বয়া সৃষ্টং মহামতে।
যশস্যং চ শুভার্থং চ পুণ্যং বুদ্ধিবিবর্দ্ধনম।

লাইশিং অমসুং হিংচাবশিংনসু নাট্য য়েংলগ ব্রহ্মাজদ হায়খিরম্মী হে জ্ঞান নৈরব! অদোম্না ইখিব নাট্য অসি থোইদোক্ন ফজৈ। মসিন মিংচৎ মঙ্গল, পুণ্য অমদি বুদ্ধি হেনগৎহল্লি। নখক্ত পীখিব রফমশিংসি নৈনকব মতুংদ রাফং শসি শেংন উংলি, অরাব অনাবন নৈহৎপীরব মীওইব মংনাক্লি। অসিগুম্ব অরাব নৈচাক অসি নাট্য শাস্ত্রতন কোকহনব ঙম্মি। নাট্য শাস্ত্রদগী ফলকপ নুঙ ইব অসি হৌবদগী লোইব ফওনা রসগা মশক ওইন

লৈ। অসিগুম্বা অলঙ্কার শাস্ত্রগী কাব্য প্রযোজনগ মরী লৈনব ৱাখল অসিন সংস্কৃত সাহিত্যগী ইতিহাসদ ভরত মুনিগী মতমদগী হৌরকপনি।

ভরত মুনিগী মথদ কাব্য প্রয়োজন পীরম্বসি আচার্য্য ভামহনি। মাগী মতম অসি খৃষ্টগী ৭স্বুব শতাব্দীনি। মহাক্না অসুম্না ইরম্মি —

ধর্ম্মার্থকাম মোক্ষেবু বৈচক্ষন্যং কলাসু চ।
করোতি কীর্তিং প্রীতিঞ্চ সাধুকাব্যনিষেবনম॥

ধর্ম্ম ফংনব হোংনব, শেল ফংনব হোংনব, অনীংব পুন্না হোংনব মোক্ষ ফংনব হেৎনরিব কলাবিদ্যাশিংবু খঙননব হোংনরিবশিংগী মরক্তু অখোইব সাহিত্যবু নীংথিন আস্বাদন তৌবতন অপেনব অংক্সুং মিংচং ফংহল্লি।

ন তজ্জ্ঞানং ন তচ্ছিল্পং ন সা বিদ্যা ন সা কলা।
তৎ কর্ম্ম ন যোগোশ অস্কৌ নাটকে যন্ন দৃশ্যতে॥

করিগুম্ব জ্ঞান, করিগুম্ব শিল্পল, করিগুম্ব বিদ্যা, করিগুম্ব কলা, করি অমুক হায়দগে করিগুম্বদ কর্ম্ম অমত্ত লৈতে, মহুন নাট্যগী বিষয় ওইরোইদৌব।

আচার্য্য ভামহন কাব্যগী অতোপ্প কাব অমন মিংচং ফংবগী কান্নবসি তাক্লম্মি। ভরত মুনিন অসিগুম্ব প্রযোজন অসি তাক্লম দ মিংচং ফংবতন কাব্য ইবসি মীওইব পুম্নমগী কান্নবনি হায়না তাক্লম্মি।

ভামহন কাব্যগী প্রযোজন অহুমশুব অম ওইন প্রীতি (অপেনব) বু লৌখৎলম্মী। ভরত মুনিন মাহুবু বিনোদ নত্রগ বিশ্রাম হায়না কৌরম্মী। মহুমক ভামহন পুথোক্লম্ব অহুমশুব প্রযোজন প্রীতি হায়বহনি।

আচার্য্য বামনন কাব্যগী প্রযোজন অনীথক তাক্লম্মী: —

মীৎন শংশ ন উব প্রীতি (অপেনব), মীৎন শংশংন উদব কীর্ত্তি (মিংচৎ) হায়বদি অপেনবশি হিংলিবৈ মতমদ শংশং ফংই। মিংচৎ হায়বসিসি অয়াম্বা মাগী মতুংদ ফংবন নম্মি।

আচার্য্য আনন্দবর্দ্ধন (খৃষ্টগী ৯শুব শতাব্দী) ন কাব্যগী প্রয়োজন অসি মরু ওইনা "প্রীতিবু" লৌরম্মী। অসিগুম্ব মথলগী অপেনবসি হৌজিক্তগী কাব্য শাস্ত্রগী সৌন্দর্য্য-দর্শনদগী পোক্লকপ নত্তে। হায়রিব অপেনবসি কাব্যগী অর্থতত্ত্ববু শংশং উব ঙম্, থম্মোই চেনব মীশিংগী মহৌশাগী ওইব নুংঙাইব ফোংদে কপনি।

আচার্য্য আনন্দবর্ধনগী সমর্থক অভিনবগুপ্ত (খৃষ্টগী ১০-শুব শতাব্দী) আনন্দবর্ধনগী কাব্য প্রযোজনগী পাকচাওন নৈনরব মতুংদ ফোংদোক্লম্মি। কাব্যগী অথোইব কান্নবসি মথল অমগী প্রীতি (পেনবনি) নি। মসি অহুগুম্ব থম্মোই তিন্নবশিংগী নুংঙাইবনি, মাদুন কাব্যদ লুপ্পুন লৈহল্লি। মহাকবি থম্মোইগী তারাগ কবিগী থম্মোইগী তারাগ থেংনদুন নুংঙাইবগা মথোল অম পীরি।

আচার্য্য কুন্তকনবু "প্রীতি" (অপেনব) অসি কাব্যগী মহত্ত্বপূর্ণ প্রযোজন অমনি হায়না লৌই, মসিগী অর্থদ থম্মোইগ থম্মোইগ তিন্নবগী নুংঙাইব অমনি। মতৌ অসুম্ব ভোজরাজন হায়খ :—

"কবিঃ কীর্ত্তিঃ প্রীতি শ্চ বিন্দতি"

কবিতন মীংচৎ অমদি অপেনব অনীনক অসি ফংব ঙম্মি।

আচার্য্য মম্মটনসু (খৃষ্টগী ১১শুব শতাব্দী) কাব্যগী প্রযোজন তখক তাক্লম্মী :—

কাব্যং যশসেঽর্থকৃতে ব্যবহারাবিদে শিবেতরক্ষতয়ে।
যদ্যঃ পরনির্বৃতয়ে কান্তাসম্মিত তয়োপদেশ যুজে ॥

মিংচৎকীদমক্ত, লল ফংনবগীদমক্ত, মীয়ামগ তিন্নব-তোংনব তৈনবগীদমক্ত অফব-মঙ্গলগা মশক ওইরব থবক তৌবশিংবু মাং

হৌনবগীদমক্তা অহিংব মরাতন্নদগী পোক্লকপা পুক্তাইবনু ফ..বগী দমক্তা মুপীশিংনা য়াম্না থোকপা নোমা পাউতাক পীরিব মপী অহুম্ন্না পাউতাক মপা শীননবগীদমক্তা কাব্য তম্ব অমদি পাবগী কান্নব-শিংসি ওই।

আচার্য্য বিশ্বনাথন মাগী সাহিত্যদর্পনগী অহৌবদ অস্মুন্ন

তাক্লিম্নি চতুবর্গাফালপ্রাপ্তি স্থখাদল্পধিযামপি।

কাব্যাদেব যতস্তেন তৎস্বরূপং নিরুপ্যতে॥

কাব্যনা মরম ওইতুনা পদগী পনব মী ফাওব কন্ন হোৎনবদ্রবস্থু ধর্ম্ম, অর্থ, কাম অমস্থং মোক্ষ হায়ব জীবনগী পুরুষার্থ মখল মরী অসি ফংবা ঙম্মি। কাব্য পারগ নত্রগ তারগ, নাটক য়েংলগ মীশিংনা অসিগুম্ব পাউতাক কয়া ফংই মতুদি রামগুম্ন অথাইব, তঙজনিঙাই ওইব লমচৎ চংকদবনি, রাবণগিংব হিংচাবশিংগী লমচৎ তম্ম পুম্নমক্তা থাদোক্কদবনি। করম্ব থবক তৌগদগ, করম্ব থবক থাদোক্কদগ, হায়বসি কুপ্না নৈনরব মতুংদ ধর্ম্ম, অর্থ, কাম মোক্ষ ফংবা ঙম্মি খর পাকথোক্লব হায়ব তারবদ সংসারগী শেলীব মপু ভগবান নারায়ণগী চরণ ফংলব অনীনকী স্তুতি তৌদ মন মরম ওইদুনা ধর্ম্ম ফংবা ঙম্মি। অতোম্ম অননমীওইবনা অফব থবকশিংদ পুক্নিং চঙগদবনি ফত্তব থবকশিং থাদোক্কদবনি। রামায়ণনচিংব কাব্যশিং পারুবদগী য়াম্না অফব চাওথৎপ ফংলিব, অতুগ রাবণচিংব ফত্তব থবকত হৈনবশিংনা মাংখিবগী পাউতাকশিং ফংই। মসিদগী শিংনা থঙব ঙম্মি—না ধর্ম্মগী থবকশিংসি শোয়দনমক থাদোক্কদবনি।

বেদদ অস্মুম্ন ইরম্মি :—

একঃ শব্দ স্বপ্রযুক্তঃ সম্যগজ্ঞাতঃ।

স্বর্গে লোকে কামধুগ ভবতি॥

হায়দি অমবু নীংথিনা শীজিন্নব, লোয়নন মতুগী অর্থ থঙব ঙম্ব মীশিংত্নু স্বর্গ লোকং (হয়েং মপোক্তা) অমদি লৌজিকী মপোক্তা

পুক্নিংগী অনীব থুংই। হায়বগী অর্থদি কাব্যকারশিং অমদি পাঠকশিংন য়হৈ অমবু তোঙান তেংঙানব অর্থদ পুন্থন শীজিন্নে ংওগী মনুং অমসুং মপানগী অর্থ খঙব ঙম্মব মীওইশিংতন কাব্যগী নুঙাইব ফংই। মাতুনি লোক অনীমক্ত (ইহ পওমোই অপাঙ্ব ফংবগী ভাবশিংদি।

কাব্যদগী অর্থ ( শোল ) অসি প্রত্যক্ষ ওইনা ফংবা ঙম্মী। কাব্যকারশিংন নিংথোদগী মনা মথুমশিং ফংলম্মী। নহ্রগ ইরিব শাইরিক ঙাইগুশিংদু পাঠ্য পুস্তককা মওংদ হাপ্পবদি, মাহ য়োনবগী মমল অদু ফংলম্মী। মমাংদগী মতম অংদি হৌজকা মতমদ সরকারগী মাইকৈদগী অইবশিংদ সন্মানগী মশক ওইনা মনা মখল কয় পীহন ইকাই খুম্নরি। মরমদি ধনন অপাঙ্ব পুন্নমক ফংব ঙম্মি। অপাঙ্ব পুন্নমক কলব মাশিংথন মতম পুন্নমক্তী ওইব অমাংঅত নৈত্রব অপেনব ফংননব হেংংনরম্মী। অদুন সংসারগী কাম, বাসনা পুন্নমগী তোপ তোপ্পা অমানব খুভম ফংননবগী লম্বীদ চংশিল্লি। অসিগুম্ব য়াকম অসি হৌজিক বিজ্ঞানগী চাওখৎলব মতমদমু লেংদ্রেব খুদমশিং য়াংপ নৈতে। নোংচুপ লোমগী—অমেরিকানচিংব লৈবাকশিংদ নহারোল অহল্লোল পুন্নমক্ত অথিক সতম্ব ওইবন মখোইন ভৌতিক সুখ সাধনদি মরাং, কাইন, নীংবগী মতুং ইন্ন ফংথি। অদুবু মপানগী নুঙাইবতনদি খক পেনব হায়বদু ওইখোক্লমদে। অদুন মখোয়ন সংসারগী লেংদ্রেব, মতম পুন্নমক্তী ওইব নুঙাইব থিন্তন নৈরক্লি। মখোয়ন য়ু - থক্তুন, ওক্তব নুপীগী মকমদ লুপ্তুন মখল মথ। অয়াম্ব চাংয়েং কয়ামুক পুথোকখি, অদুবু কন অমত্তন মখোইগী লমথুংফম (Perm n t Pleasure) অদুদি খক ফংলমদে। যুগী নেশা অমদি স্ত্রীসঙ্গম লোইরগ হান্নগী য়াখলদ অমুক হন্নকপদগী থোইনহুম হেন্ন কাংতক্রব অমদি

খোরাংব হেল্লি। অহুন মতম পুম্নকী ওইব খুড়াইবগী লম্বী থিরকথি। মমৈদ আধ্যাত্মিক সুখ করিনো হায়বসিগী চাংয়েং তাব হৌথি; মহুন মখোয়গী অনম্ত ওইব অপেনব অমদি সুখখুড়াইব হায়বত্থু ওইর্থ। মাদুদগীদি কৃষ্ণ-কংস-নেসগী ঈহৌ আস নোংচুপকী লৈবাকশিংদ নোংম নোংম কংখৎলিবশিনি। মসিনি ভারতকী দান।

বিদ্যা পুম্নকুগী কাব্য শাস্ত্রন অথোইব ওই হায়বসি শুগায়ন তাক্লি :—

মথক্কী পুরুষার্থ মথল মরী অসি অতোপ্প মথলগী বিদ্যাশিংদস্থু ফংবদি ওম্মি। হায়রিব বিদ্যা মথল পুম্নকসি য়াম্নমক শুই। অমদি নৈনবগী মচাক চংই। অহুন অতোপ্প বিদ্যা শাস্ত্র নৈনবদ য়াম্ন রাই। মরম অসিন অথোইবা জ্ঞান লৈব মীওইশিংঙন য়াম্ন রান নৈনরব মতুংদ ধর্মনচিংব পুরুষার্থ মথল মরী অসি ফংব ঙম্মি অহুগ লৌশিং রাংপশিং ফাওবনস্থু ইরাই লাইন ধর্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ ফংই। মরম অসিন বেদ সাস্ত্রনচিংব বিদ্যা পুম্নমক্ত চাংদম্নকুবদ কাবাবু মী পুম্নক্ত থরাই হকচাং য়াওন পাম্রে। খুদম জননী জনমভূমি মাশ্চ স্বর্গাদপি গরীয়সী"। মমা অমদি পোক্লকম লমদম স্বর্গদগী হেল্লি। মরমদি স্বর্গদি পুংচেনব মীওই থরতমকপু চানবিহুন মাগী মনাক্ত লৈকম পা। অহুগ পোক্লকম লমদমদি অকব অমসুং কত্তা পুম্নমকপু চপ মান্নন থম্বিহুন অমত্ত ওইন নাওকোনবী অহুনদি মমা লৈবাকন স্বর্গদগী হেল্লি হায়রিবনি।

অতোপ্প অমন বিশ্বনাথন মাগী সাহিত্য দর্পণদ কত্তরব খুদম অমগমুক পারি —কনাগুম্বা অখাব মী অমগী মফমদ, মগী মমা দ অনাবত্থু কোক্লনবগীদমক্ত হিদাক মথল অনীথক থম্লে হায়ন খনসি; অমন অখাব অতোপ মথল অমন অথুম্ব। অনীগী মরক্ত অখাববু পাম্ব, অথুম্ববু থাদোকপ হায়বসি মুপ্ন মীওই থরতমক ফাওব

য়াওরোই। মতৌ অসুম কাব্য অমসুং অতোপ্পা মথংগী বিদ্যাশিং খেন্নবসি। কাব্যদি অথুপ্প হিদাকপ্নি।

কাব্যগী প্রয়োজনগী মরমদা অগ্নি পুরাণদা অসুম ইরি :--

নরত্বং দুর্লভ লোকে তত্র বিদ্য সুদুর্লভা।
কবিত্ব দুর্লভং তত্র শক্তিস্ত সুদুর্লভা ॥

মপোক কয়ামুক পোক্লবগী মতুংদা মীওইনা মপোক অসি ফাই। জীবশিংনা ফাজে। হায়নবা নৈনা ব্রহ্মাণ্ডকী তপস্যা কয় তৌরুরবদসু মীওইবা মপোক ফংবা ঙম্মদে। মীওই মপোক পোক্লবা ঙহাক্কনসু বিদা ফংলসি য়াম্নক তাংনা মীওই খরতনা ফাই। বিদ্যা হৈবশিংগা মরক্তমুক মীওই খরতনা কবি ওইবগী মগুণ ফংব ঙম্মি। কবি থুদংমল্লসু প্রতিভা লৈবশিং পংনা ফংলমদে। কবি খরতনা পিথোকপা গুণ (Inborn quality) প্রতিভা হায়বসি ফাই।

“ত্রিবর্গ সাধনং নাট্যম্”

নাট্য নত্রগা দৃশ্য কাব্য অসি ধর্ম্ম, অর্থ, কাম মথন অদুম্মক ফংননবগী অমত্তা চাইরব পান্নেনি। তশেংনমক হায়রবা কারবদা কাব্য (সাহিত্য) পান্দ, তন্ত্র, নৈনব অমদি ইবা হায়বসি মীওইবগী মাপোনি। মসি তৌরবতদা মীওইবশিংনা ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ হায়বা পুরুষার্থ মথন মরী অসিমক ফংদুনা মীওইবা নপোক পোকচবগী মহৈ য়ানব ঙম্মি।

# য়ুরোপকী লৈখাকশিংদ সংস্কৃত তম্বগী ঈহৌ

সংস্কৃত সাহিত্য অসি সংসারগী সাহিত্যিক অমস্তুং সাংস্কৃতিক নৈনবগীদবক্ত থোইদোকপ মফম অম কন্দুনথমলম্মী। বেদ অসি ভারতীয পণ্ডিতশিং ত নতন সংসারগী পণ্ডিতশিংগী জ্ঞানগী হৌরকফম্নি। য়ুরোপকী দেশশিংদ ভারতীয় সাহিত্যবু শক খঙ-বসি পঞ্চতন্ত্র হিতোপদেশগী বারীশিংন মরম ওইরম্মী। অদুমক ওইনক ভরতীয় সাহিত্যবুদি তশেংনমক শক খঙদ্রি শক ওইথোক্লমদে। খৃষ্টগী তরাতরেংশুব শতাব্দদী খৃষ্টান মিশনরীশিংন সংস্কৃতকী জ্ঞান ফংলম্মী। ভারতবর্ষদ ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পানীগী শাসকশিংন মতম শাংনা মখোয়গী শাসন তৌব পামদুনা মফম অসিগী লোন, সাহিত্য ধর্ম্ম, অমস্তুং সংস্কৃতিনচিংব খংননব গীদমক্ত য়াম্না বল্ল হোৎনলম্মী। মসিনা মরম ওইদুনা সংস্কৃত তম্ব অমস্তুং তম্বিবগী থবকশিংশি য়াম্না কল্ল মখোয়গা মপুংদ হৌখি। য়ুরোপীন পণ্ডিত বিন্টরনিজ (Winternitz) না হন্না ভারতীয় সংস্কৃতিগী মরমদ ফোংদোক্লম্মী।

If we wish to learn, to understand the beginning of our own culture. If we wish to under stand the oldest Indo European culture, we must go to India where the oldest literature of an an Indo-European people is preserved.

মতৌ অসুম বিন্টরনিজ অমত্তনত্তন কায়ুক ওইব লোপচম্লোমশী পণ্ডিতশিংনা ভারতীয় সাহিত্যবু য়াম্না বাংনা থাগৎলম্মী। ওন্ডরর্দন বেদশিংবু oldest ofdocument Indian literature and Religion নি হায়না লৌখি। অসিগুম্ব থোইদোকপা ওনশিংসিনা ভারতীয় সাহিত্য নৈনবগীদবক্ত নোংচুপলোমগী লাইব্রিক লাইস্তু হৈবশিংগী পুক্রিং চিংশিনলম্মী।

অরানিপাল্পুব শতাব্দীদ য়ুরোপীন মাত্রিকাশিং অমস্তুং মিশনরিশিংন ভারতীয় সাহিত্যবু শক খঙব ওমখি। খৃষ্টগী ১৬৫১ দ ডচমেন অব্রাহম রোগরন এডভাইজর অমা ওইন মদ্রাসদ লাকখি। ভর্তৃহরিগী ফজরব মরুওইব শ্লোক খর পুর্তগালী ভাষাদা অনুবাদ তৌহুন কোংদোক্লম্মী। মথংদ খৃষ্ট ১৬৯৯ দ Jesuit father Johann Ernest Hanziden ভারতবর্ষদ মহাক্না নকম অসীদ চহি ৩০ চুপ্প মিশনদ থবক তৌহুন ভারতীয় ভাষাশিং তম্মনব হোৎনখি। সংস্কৃত ভাষাগী ব্যাকরণগী মথক্তা Grammatica Granthamia Sea Sanscrdunaca কৌব লাইরিক অমা ইখি। মসি কনাগুম্বা বিদেশী অমন ইখিব ব্যাকরণগী লাইরিক অমনি, অদুবু মাহুৎ মান হিংলিঙৈ মতমদ কোংদোকপ ওমখিদে

ভারতবর্ষদ ভারতীয় সাহিত্যশিং নৈনবগী খুদোংচাব অসি অসীগুম্বা ভাঙ্কক অশেব অংগ্রেজী রাজ্য লিখংলম্ব রাজেং হষ্টিংজগী মতমদ হৌখি। হেষ্টিংজন ব্রাহ্মণশিংদ “বিবাদার্ণব সেতু” কৌব অমা ইহনখি হেষ্টিংজন মসিদ পারিবারিক কান্নুনগী মরমদ বার্ণনা তৌখি। মসি সংস্কৃতদগী ফারসীদ, ফারসীদগী অংগ্রেজীদ অনুবাদ তৌখি।

চার্লস বিল্কিসন অহানব সংস্কৃত তম্ব হৌখি। মহাক্ন খৃষ্ট ১৭৮৫ দ গীতাবু অংগ্রেজীদ অনুবাদ তৌখি। মসিগী চহি অনীগী মতুংদ হিতোপদেশ অমদি খৃষ্ট ১৭৮৫ দ শকুন্তলাগী অনুবাদ তৌখি। খৃষ্ট ১৮০৮ দ ব্যাকরণগী লাইরিক অমম্না ইখি। বিলিয়ম জোনসন খৃঃ ১৭৮০ দ শকুন্তলাগী অনুবাদ তৌখি। মনুস্মৃতিগী অনুবাদ খৃঃ ১৭৭৪ দ তৌখি। জোন্সগী অনুবাদগী থবক অসি উরুরগ Herder অমস্তুং Gothe অসিনচিংবন সংস্কৃত তম্নিংবগী থৌন পোকখি। জোন্সন ভাষা বিজ্ঞানগী মীৎয়েংদ ইহান হান্ন

গ্রীক, লেটিন, জর্মন, কেল্টিক অমসুং ফারসী লোলশিংগা সংস্কৃত লোলগা মান্নৈ হায়বসি উৎখি। মাসি জোন্সন ভারতবর্ষদ চহি ১১ চুপ্প লৈরবগী মতুংদনি।

লৈনবা টামস কাব্রুক (১৭৬২—১৮৩৭ ন জোন্সগী অনুবাদকী থবকশিংবু হেনগৎহনবা ভারতীয় ভাষা বিজ্ঞান অমসুং পুরাতত্ত্ব (Arcucology) বিভাগশিং তম্নবগী থবক হৌখি। মহাক চহি ১৭ ভরকপ মতম খৃঃ ১৭৮২ দ কলকতাদ লাকখি অমসুং জোন্সগী সমাজং মথাদ, সংস্কৃত লাইরিকশিংবু অংগ্রেজীদ অনুবাদ তৌখি। দর্শন, ধর্ম্ম, ব্যাকরণ, জ্যোতিষ, অঙ্কগণিতনাইংবগী নিবন্ধ কয়ামুকসু ইদুনা হৌখি। খৃ. ১৮০২ দ On the vedas কৌব অফাওবা লেখা অমা হৌখি। ভারতীয় গ্রন্থশিংগী পাণ্ডুলিপিশ সু থোনাইখ্রম্মী। টামশগী মথুংদ অলেকজেণ্ডর হেমিল্টন (১৭৬৫-১৭২০) লাকখি। নেপোলিয়ন ফ্রান্সদ বন্দী ওইরবা ফ্রান্সী পণ্ডিত কয়া সংস্কৃত তম্ব হৌনখি। অদুগুম্ব সংস্কৃত তম্বশিংগী মতুংদ ফ্রেডরিক শ্লেগেল (Fredrick Schlegel) গা মমিং লৈ-থানবা য়ই। শ্লেগেল অসি রোমান্টিক স্কুলগী মতুংদ অমনি। মহাক খৃঃ ১৮০৮ দ On the language and Wisdom of Indian কৌব লাইরিক অমা ইদুনা জর্মনদ সংস্কৃত তম্নবগী রাথল চিংশিনখি। মতম অসিদ জর্মনদ ভাষাবিজ্ঞানগী থুনম লোনব হৌখি। শ্লেগালনা রামায়ণ, মহাভারত, গীতা, মনুস্মৃতি অমসুং মহাভারতকী শকুন্তলাগী রারী শরু অনুবাদ তৌখিরম্মী। ফ্রেডরিক শ্লেগেলনগী মনাওনুপা A. W. Von Schlegel না খৃ: ১৯.৪ দ ফ্রেঞ্চ প্রোফেশর Chezy দগী সংস্কৃত তম্ব হৌখি। মহাক মশামক বিশ্ববিদ্যালয়গী প্রোফেসর ওইখি। মহাক্ন গীতাগী অনুবাদ, রামায়নগী সম্পাদন ভাষাবিজ্ঞান মরী লৈনব থবক কয়ামুক পাইখৎলম্মী। Fraz Bopp না

তুলনাত্মক ভাপাবিজ্ঞান, রামায়ণ, মহাভারত, নল-দমযন্তীগী বারীশিংসি লেটিন ভাষাদ অনুবাদ তৌখি। তুলনাত্মক ভষা বিজ্ঞানগী (Philolophy) গী ক্ষেত্রদ মতম পুম্নমক্তা কাওরাই-দোয় থবকশিংন পায়খৎলম্বগীদমক্ত Wilhelm Von Hemboldt গী মিং পনব য়াই। মতৌ অমুম্ন Ruckert ন অনুবাদকী ক্ষেত্রদ চাংদম্লিবাই লৈত্রব থবক কয় পায়খৎলম্মী। শকুন্তলা, মনুস্মৃতি, গীতা, রামায়ণ, মহাভারত, হিতোপদেশগী অনুবাদ অমম্নুং রিছার্সগী থবক কয় অম পায়খৎলম্মী। খৃঃ ১৮৩৮ দ Fredrick Rosen ন ঋগ্বেদগী ভংথায় সম্পাদন তৌখি। মতম চাদন শিখিবদগী থবক অদু মপুং ফান পাংথোকপ ঙমখিদে। ফ্রেঞ্চ বিদ্বান Euzene Hurnout ন মাগী শিষ্যশিং পুসল্লগ বেদশিংগী অধ্যয়ন কেন্দ্র লিংখৎলম্মী। মাগী শিষ্যশিংগী মনুদ F. Maxmuller গী মমিং পনব য়াই। Roth ন ঋগ্বেদগী অংগ্রেজী অনুবাদ পুথোকখি। মহাক্না ইরম্ব On the literature and History of Vedas (১৮৪৯) দ ফোংখি। Maxmuller ন সায়নগী টিকাগ লোয়ন্না ঋগ্বেদগী প্রকাশন তৌখিরম্মী। তৌরকহন্নুং মাগী মমাংদ Thomas Aufrecht গী সম্পূর্ণ মূল ঋগ্বেদ ফোংদোক্লম্মী।

দারা শিকোহগী উপনিষদকী অনুবাদ পারবগা ১৯ শুব শতাব্দীদ ফ্রান্সগী বিদ্বান Auqetildu Perrum ন লেটিনদ অনুবাদ অসি মপুং ফাদব অমদি অরানব ওইদুনম্ব শ্লেগেল অমম্নুং শাপেনহায়রনগুম্ব বিদ্বানশিংগী প্রেরণাগী ইফুং অদি ওইখি। শাপেনহায়রন উপনিষশিংগীদমক্ত অস্তুম্ন হায়খি:—The Produotion of the Highest human wisdcm. Eugen Buruor ন ইহান হান্ন পালি সাহিত্যদ অনুসন্ধানগী থবক পায়খৎলি। খৃঃ ১৮২৬ দ Lossen গ তিম্নদুন Essai Surle

অম ইহুন পুথোকখি। মসিমক য়ুরোপকী লৈবাকশিংদ বৈদিক সাহিত্য নৈনবগীদমক য়াম্নমক মমল য়াম্লব লমজিং লাইব্রিক অম ওইখি।

রথন বেদশিংগী অনুবাদ ঐতিহাসিক পদ্ধতিদ তৌরম্মী। মহাক্না ভাষাবিজ্ঞান অমদি তুলনাত্মক ধর্ম্মগী মতেং লৌহুন ঐতিহাসিক পদ্ধতিদ "সেন্টপীটর্সবর্গ সংস্কৃত জর্মন মহাকোষ" গী রচনা তৌখিরম্মী। মসিন এথকা হোংনব কনবগী লাম্বব খুদম অমনি। পোষ অসিদ বৈদিক শব্দশিংগী অর্থ খোমজিন্দুন থনম্মী। বৈদিক সাহিত্যগী নৈনব পাণ্ডুলিপিশিংগী মনুদ থাইদগী পুকচেল চাওব পাণ্ডিত্যাদি মেক্সমূলরনি। মান বৈদিক সাহিত্যবু থোইদোক্না ময়ামদ শক তাক্নন হোংনবদ অহানবা শরুক য়াখি। মান ঋগ্বেদগী সায়ণ ভাষ্যগী থাইদগী অহানবা অমদি অথোইবা আলোচনাত্মক সম্পাদনা তৌরম্মী। মহু উরগ অতোপ্পা নোংচুপলোমগী পণ্ডিতশিংন থরাই হকচাং য়াওন বৈদিক সাহিত্যশিংবু অনুবাদ তৌনবগী থবক পাইথংপ হৌরে। মেক্সমূলরগী অনীশুব থবক "বৈদিক সাহিত্য" নৈনবনি মসিদ বৈদিক সাহিত্যগী মরমদ য়াম্না কুপ্না নৈনরম্মী। মশিগ লোয়নন প্রাচ্য গ্রন্থমালাদ পণ্ডিত কয়ামুক্কী লেখ অমস্তুং অনুবাদশিংবু ফোংদোক্লম্মী।

বেদ বিদ্যার্থী ডাঃ বেবরগী মিং শীংথানব য়াই। অথোইব প্রতিভা লৈরব বিদ্বান আসন যজুর্বেদ সংহিতা অমদি তৈত্তিরীয় সংহিতাগী প্রকাশন তৌরম্মী। আওফ্রেক্ট কৌব বিদ্বান অসিন লিপিদ ফোংদোকপ ঋগ্বেদগী সংস্করন অমস্তু পুথোক্লম্মী। রোমন জর্মন বিদ্বান শ্রোদরগী মৈত্রায়ণী সংহিতা অমদি কাঠক সংহিতাগী প্রকাশন অসিমক থোইদোক্না শীংথানব য়াই।

পাশ্চাত্য বিদ্বানশিংন কয়ামুক ওইব শ্রৌতসূত্রগী প্রকাশন তৌরম্মী। আশ্বলায়ন অমদি পারস্কর গৃহসূত্রদগী সম্পাদক

ষ্টেন্সর, শাংখ্যায়ন শ্রৌত সূত্রগী সম্পাদক হিলেব্রান্ট, বৌধায়ন শ্রৌত্র শূত্রগী সম্পাদক কৈলেণ্ড আপস্তম্ব শ্রৌত সূত্রগী সম্পাদক গার্বে, কাত্যায়ন শ্রৌতসূত্রগী সম্পাদক বেবর অমস্থুং কৌশিক সূত্রগী সম্পাদক ব্লুম্ফীল্ডগী নিং শাংথাননীঙাইনি।

খৃঃ ১৮৫০ দ বিলসনন সম্পূর্ণ ঋগ্বেদগী সায়ন ভাষ্যগ লোয়নন মসিদম্ভু নত্তন গ্রাসমনন ঋগ্বেদগী সাযন গ লোয়নন অনুবাদ ফোংদোক্লম্মী। মসিদম্ভু নত্তন গ্রাসমনন ঋগ্বেদগী সায়ন ভাষ্যগ লোয়নন অনুবাদ তৌরম্মী। জর্মন বিদ্বান ওল্ডেনবর্গন ঋগ্বেদগী য়াম্লমক আলোচনাত্মক ওইব ব্যাখ্যা তৌখিরম্মী। হায়রিব শূম্নমক অসি ঋগ্বেদ নৈনবগীদম ফ খ্বাইদগী মতেং পাব লাইরিকশিংনি। বৈদিক ব্যাকরণগী মরমদ পাশ্চাত্য বিদ্বান খরন লাইরিক কয়ামুক পুথোকখি। হিট্নি লৌকিক সংস্কৃতগ মরী লৈনব ব্যাকরণগী লাইরিকশিং ইতুনা পুথোক্লব হোংনরম্মী। ডাঃ বাকরমগেলগী "বৈদিক ব্যাকরণ" খ্বাইদগী অথোইবা প্রমাণিক ওইব গ্রন্থনি। ডাঃ বাকরণগোল গী বৈদিক ব্যাকরণ জর্মন লোলদা ইতুব খ্বাইদগী শাংথানব য়াব লাইরিক অম ওইখি।

বৈদিক ধর্ম্মগী মরমদ য়াম্ন কুপ্প নৈনব পাশ্চাত্য বিদ্বনগী মশিং থোইদোক্ল য়ামই। বৈদিক ধর্ম্মগ অতোপ্প ধর্ম্মশিংগা চাদম্নতুন ইব লাইরিক কয়ামুক পুথোক্লম্মী। বৈদিক ধর্ম্মগী মরমদ মেক্সমূলর মেকডানল হিলেব্রান্টন লাইরিক কয়ামুকম্ভু পুথোকখি। ডাঃ কীথকী Religion and philosophy of of Veda and Upanisad কৌব গ্রন্থ অসি বৈদিক ধর্ম্ম অমদি উপনিষদকী তত্বজ্ঞান ফংননবগী প্রমাণিক ওইব লাইরিক অমনি।

বৈদিক সাহিত্যগী ইতিহাসগা মরী লৈনব লাইরিকশিংগী রচনা তৌব পণ্ডিতশিংগী মনুংদ বেবরগী "বেদগী সাহিত্য অমস্থুং

ইতিহাস'' কৌব লাইরিক অসি পুম্নমক্কগী মকোক ওইব লাইরিক্কি। মসি অহানবদ জর্মনদ মতুংদ অংগ্রেজীগী লোলদ অহুবাদ তৌখি। মেক্সমূলরগী "History of Ancient Sanskrit Literature কৌব লাইরিক অসি বৈদিক সাহিত্যগী য়াম্ন কুপ্প শক্তাকপ অখোইব লাইরিক অমনি।

মখক্কী শন্নপপ শকুম অসি নেনরুগা হৌজিমক ঐখোয়ন য়াম্ন নোক্লিংব রাফম অম ঐখোয়গী মাংদ তম্নন লাকই, মাহুদি সংস্কৃত তম্বগা ঐখোয়ন করম্ব জ্ঞান অমমুক পুরক্কগদগে হংয়ব, মসিগী মতা দ শম্লপ্প নৈনম য়াব অমন ঐখোয়ন ঐখোয়গী সংস্কৃতি, সভ্যতা, ধর্ম্ম, দর্শন, আচার ব্যবহার পুম্নমক ভাকুন চংপ তারবদি মমাংদগী অসিগুম্ব অরীব বিষয়শিংগী জ্ঞান কংদন ময়েক শেংন খক নৈনব ওইখোক্কে।

অহোয়, ঐখোয়গী ভারত অসি বৈদিক যুগন্ত কয়াদ চাওখৎলম্বগে হায়বদু ওসি পৃথিবীগী লীরব লৈবাকশিংগী ইতিহাসশিংগী মরক্ত য়াম্নমক চাওখোকচনিঙাই ওইরি। অদুগ বৈদিক কালগী লীরব গ্রন্থশিংশিন ঐখোয়সি কয়াদ রাংগ্রব সংস্কৃতি, ধর্ম্ম, বিজ্ঞান, আয়ুর্বিজ্ঞানচিংবগী শকুম অদু ওসি পৃথিবীগী মমাংদ উত্তুন থম্ব ঙাম্ন।

হৌজিক ভারত সরকারগী নীংতম্ব ভারত ওইরক্লব মতমসিদদি ঐখোয়গী হৌজিক ভারত অসি অরীব মতমগী সংস্কৃতি, সভ্যতা, ধর্ম্ম, দর্শনচিংবদ য়ুম্ফম ওইগদবনি হায়বসি তত্তন লাওনরি। লোয়নন তত্তন থবক ওইন পাংথোক্লব হোৎনরি, মাহুতন পৃথিবীদ ভারতকী তোপ তোপপ শক তাকপ ঙমগদবনি।

ঐখোয়গী ভারতদি মশাগী দর্শনগী য়ুম্ফম কয়া য়াম্ন রাংবগে হায়বদু রাহৈ খরদংগা পীহুন নৈনসি—পৃথিবীগী হৌজিকী মতমগী বিজ্ঞান অমসুং টেক্নোলোজীগী আ-য়োনরব মতমদ ভারতন তাক্লি —ওসি শাগৎলিব বিজ্ঞানগী খুজুৎ-খুলাই ময়াম অসি মফম

# পালি সাহিত্য অমসুং বুদ্ধগী শিক্ষা

ভারতীয় আর্য্যভাষাগী ইতিহাসদ মধ্য কালীন আর্য্যভাষাগী অহানব তাংককী মমিং "পালিভাষা" কৌই। মসিদ ভগবান বুদ্ধদেবন মাগী উপদেশ পীরম্মী। ভগবান বুদ্ধদেবগী উপদেশগী ভাষাগী মমিং পালি কৌই। অদুগ মাগী উপদেশগী পুথিশিংবু লাইব্রিকী মমিং "পিটক" হায়না কৌই। পিটক হায়বগী অর্থদি উপূমচা নত্রগ থুম্মোকমচ হায়না খঙনৈ। হায়বদি ভগবান বুদ্ধগী রত্নগী মশক ওইরব মমল য়াম্লব উপদেশশিংবু হাপ্তুনা থম্মি হাযত্তুনা পিটক হাগন খঙনৈ। "পিটকপু" ত্রিপিটক হায়না খঙনৈ। পিটক অহুম হায়বদি—(i) সুত্তপিটক (ii) বিনয়পিটক (iii) অভিধম্মপিটক।

বৌদ্ধ সাহিত্য অসি অনীগোন্না উবা ফংই:—(i) সংস্কৃত ভাষাদ ইবা অম (ii) অতোপ্পা অমনা পালি ভাষাদ ইবা অম। অসি ফংলিবা পালিভাষাদ ইবা সাহিত্য অসিনা সংস্কৃত ভাষাদ ইবা সাহিত্যদগী হেন্না লীরবনি. মরমদি বুদ্ধদেবনা মতম অদুগা লোকভাচা পালিদ জনসধারনগা খঙহন্নবগীদমক্ত ধর্ম্ম উপদেশ পীখি। মতেংবমাক্ত বুদ্ধগী তুংদা বৌদ্ধভিক্ষুশিংনা পাউতাকশিংমু খোমজিনখি।

ইহান হানবদ বুদ্ধগী নির্ব্বানগী থা মরীগী মতুংদ রাজগৃহগী সপ্তপর্ণী গুফাদ বৌদ্ধশিংগী অহানবা সভা অসি থা তরুক চুপ্প চখি। ভিক্ষু মহাকাশ্যপনা সভাপতি ওইখি।

অনীশুবা সভানা ভগবান বুদ্ধগী নির্ব্বাণগী ১০০শুবা চহিদ বৈশালীদ অমুকহন্না ভিক্ষু ৭০০ না শরুক য়াহুনা ফমখি। মসি অনিশুবা সপ্তশতিকা হায়না খঙনৈ। সভা অসিদ বিনযগ মরী লৈনবা চয়েৎনবা রাকমশিং কুপ্প নৈনরম্মী। বৈশালীগী সভাদ বিনয়গ মরী লৈনবা রাকম, ১০গী মরমদ নৈনক্লবগ ভিক্ষু ৭০০ না মহাস্থবির রেবতকী সভাপতিত্বদ অহানবা সভাগী মতোংগুম্না "ধম্ম" সংকলন তৌরম্মী। আচার্য্য বুদ্ধ ঘোষগী বর্ণনগী মতুং

ইম্না বুদ্ধ বচনশিংসি পিটক অহুম, নিকায় মঙা, অমসুং ধর্ম্মস্কন্ধ ৮৪,০০০ দা খোম্জিল্লম্মী। বৈশালীগী অনীশুব সভাগী মতুংদ অহুমশুব সভা অদু সম্রাট অশোককী মতমদ বুদ্ধ-পরিনির্ব্বাণগী চহি ২৩৬কী মতুংদ পাটলিপুত্রদ ক্রমখি। মতম অসি ফাওবদ বুদ্ধ সঙ্ঘ অসি সাম্প্রদায় ১৮ খোক্ত খায়দোক্লম্মী। পাটলিপুত্রগী সভা অসিদ অরোইবা রাজেপ অমা ওইনা বুদ্ধ বচনশিং পুন্সিল্লম্মী। সভা অসিন সিথ্যাবাদী সাম্প্রদায় ১৮ অদু মুথত্তুনা অমত্তা ওইনা অভিধম্ম পিটকত পুন্সিল্লি।

মতৌ অসুম্না বুদ্ধগী নির্ব্বাণ কালদগী হৌদুনা খৃষ্টগী অহানবা শতাব্দী ফাওবগী মতুংদ পালি সাহিত্য অসি মপুং ফানা চাওখৎলে। পালি সহিত্যগী বিকাস অসি শরুক অনী খোক্ত খায়দোকপ য়াই।:—(i) ত্রিপিটক সাহিত্য (ii) অনুপিটক সাহিত্য। ত্রিপিটক কাল—বুদ্ধগী নির্ব্বাণ কালদগী হৌদুনা খৃষ্টগী অহানবা শতাব্দী ফাওবা (ii) অনুপিটক সাহিত্যগী মতম—খৃষ্টগী অহানবা শতাব্দীদগী হৌজিক ফাওবগী মতমগী বৌদ্ধ সাহিত্য পুম্নমক অনুপিটকনি।

(i) সুত্তপিটকঃ- (ii) বিনয়পিটক (iii) অভিধম্মপিটক।

(i) সুত্তপিটকঃ— মসিদ তর্ক অমসুং সংবাদকী মওংদ মহাত্মাবুদ্ধগী সিদ্ধান্তশিং পুনশিল্লি। মসি গদ্যসংবাদ, মুক্ত ছন্দ, অপিক অপিকপ প্রাচীন কহানীশিংনি। মসি কায়াৎ মঙা মঙা খোক্ত খায়দোকই:—(i) দীঘ নিকায় (ii) মজ্ঝিম নিকায় (iii) সংযুক্ত নিকায় (iv) অংগুত্তর নিকায় (v) খুদ্দক নিকায়

(i) দীঘ নিকায় অসি সূক্ত ৩৪ অমসুং বর্গ ৩ কয়ামুক্ত খায়দোকই। বর্গ অহুমমক্ত সীলেক খন্ধ: মহাবগগ, পাথেয় বাগ মসিদ বৌদ্ধ সিদ্ধান্ত কয়ামুক্তী থিবেচনা তৌই। (ii) মজ্ঝিম নিকায় সুক্ত ১৯২ নি। বর্গ ১৫দ বৌদ্ধ ধর্ম্মগ মরি লৈনবা

সর্বাঙ্গীণ বিবেচনা তৌই—ব্রাহ্মণ, যজ্ঞ, যোগগী শক্তম কয়, বুদ্ধগ জৈনশিংগ লৈনব মরী, সামাজিক রাজনৈতিক মরী বৌদ্ধধর্মগী সত্য মরী রূপ নত্রগ কর্ম্মসিদ্ধান্ত, আত্মবাদকী খণ্ডন, ধ্যাণগী মখল কয়, অসিনচিংবাশিংসি কুপ্প লৈনৈ। (iii) সংযুক্ত নিকায়: মসি সুত্তপিটককী অহুমশুব নিকায়নি, মসিদ মানসিক, চারিত্রিক অমদি দার্শনিক সমস্যাশিং লৈনৈ। (iv) অংগুত্তর নিকায়দ ধর্ম্ম কয়মুক্কা মরমদ লৈনৈ। (v) খুদ্দকনিকায় মসি সুত্তপিটককী খাইদগী অরোইবা শরুকনি। মসিদ গ্রন্থ ১৫ যাওই। বৌদ্ধ কাব্যগী মনুং চম্ম নসি খাইদগী অচৌব মগুণ লৈব নিকায়নি।

(ii) বিনয়পিটক:—মসি মপুংফারব লাইরিক অমনি। মসিদ বৌদ্ধ ধর্ম্মগ মরী লৈনব নিয়মশিং নির্দেশ তৌই। বৌদ্ধ সংঘগী প্রবন্ধ অমসুং ভিক্কুনীশিংগী দৈনিক কাব্যশিংগী নিয়ম ইদুন থমই। বিনয় পিটক অসি মখল অহুমথোক্ত খায়দোকই। (i) সুত্ত বিভঙ্গ (ii) খন্ধক (iii) পরিবার। সুত্তবিভঙ্গগী বিভাগ অনীথোক্ত থেংনৈ—(i) পরোজিক (ii) পারাজিক। অনীমক ধর্ম্মদগী তান্থেকপ অমদি প্রায়শ্চিত্তকী মরমদনি। (ii) খন্ধক বুদ্ধগী সম্পূর্ণ জীবন কহানী, তোঙান তোঙানব নিয়মশিংগী বিবরণ পী। (iii) পরিবার শন্দুই—শিক্ষাগ মরী লৈনব লাইরিকশিংনি।

(iii) অভিধম্মপিটক—মসিদ বৌদ্ধ ধর্ম্মগী দার্শনিক চিন্তন লৈনৈ। মসিগী কথাবত্থুশিংসি সুত্ত পিটকক্কা য়ান্নমক মরী লৈনৈ। তৌইগুম্বসুং অভিধম্ম পিটকত দার্শনিক চিন্তনন হেন্ন কুপ্প লৈনৈ। মসিগী লাইরিক মখল ৭ থোক্ত খায়দোকই।

ত্রিপিটক সাহিত্য নির্ম্মাণগী মতুংগী সাহিত্যিক রচনাশিং অহুদগী হৌদুন হৌজিক ফাওবগী রচনাশিং অহুবু অনুপিটক সাহিত্য হায়নকৌই। অসিগুম্ব শাংলব মতমগী সাহিত্য অসি

মতম্‌গী মতুং ইন্না শরুক অহুমথোক্না থায়দোকই—(i) বুদ্ধঘোষগী পূর্ব্বকালগী অনুপিটক সাহিত্য (ii) বুদ্ধ ঘোষগী মতমগী অনু পিটক (iii) বুদ্ধ ঘোষগী মতুংগী সহিত্য।

(i) অহানবা খৃষ্টঃগী শতাব্দীদগী ৪শুবা শতাব্দী ফাওবগী অনুপিটক সাহিত্য অসিগী মমিং পূর্ব্ব বুদ্ধ ঘোষগী মতম-- (i) নেত্তিপকরন (ii) পেটকোপদেশ (iii) সুত্ত সংগ্রহ (iv) মিলিন্দপঞ্জগী রচনা, মাগী মনুংদ মিলিণ্ডপঞ্জ খ্বাই পুন্নমক্কগী অথোইবনি (v) দীপবংশ অসিসু মতম অসিদ ইখিবনি।

(ii) অনুপিটক সাহিত্যগী ইতিহাসগী অনীশুবা যুগ হৌরক-পসি বুদ্ধঘোষগী পোত্নকপদগী হৌই। বুদ্ধঘোষগী খ্বাইদগী অফাওবা লাইরিক বিশুদ্ধি মগগ অমসুং মাগী অর্থকথাশিংদ নত্তন বুদ্ধদত্ত, ধম্মপালনচিংবগী অর্থকথাসিমক যুগ অসিদ ইখিবনি। পালি ত্রিপিটকদ অর্থকথাশিংগী রচনা যুগ অসিগী মরুওইবা লাইরিক্নি। মসিদ থোইদোক্না প্রেরণা (থোইনাশনা) পীবদি আচার্য বুদ্ধঘোষনি। মরম অসিন যুগ অসিবু বুদ্ধঘোষ হায়না খঙনৈ। যুগ অসিগী রচনাদি ৫শুবা শতাব্দীদগী ১২শুবা শতাব্দী ফাওবসি পাক চাওরবা অর্থকথা সহিত্যদ নত্তন লঙ্কাগী অফাওবা ইতিহাসগী গ্রন্থ "মহাবংশ" অসিমক যুগ অসিগী রচনা অমনি। ব্যাকরণ সাহিত্যদ কচ্চায়নগী ব্যাকরন দর্শন অমসুং মনোবিজ্ঞানগী ক্ষেত্রদ অনিরুদ্ধগী অথোইবা অভিধম্ম থ সংগ্রহ অসিমক যুগ অসিগী অথোইবা রচনানি। অহুমশুবা যুগত বুদ্ধঘোষগী মতমগী অর্থকথা সাহিত্যগী টীকাশিং অমদি অনুটিকশিংসি মতুংগী শতাব্দীশিংদ ইখি। মসিগী কাল অসি ১২শুবা শতাব্দীদগীন হৌজিক ফাওবগী মতম অসিগী পালি সাহিত্য তম্বগী অকনবা ঈছৌশ লাকখি। বর্মাগী ভিক্ষুশিংনা মরুওইনা নৈনবসি "অভিধম্ম" পিটকনি। মাইকৈ অসোমদ মথোয়না থোইদোকপা পালিসাহিত্যগী

অচৌব থবকশিং পাইখৎলি। ব্যাকরণগ মরী লৈনব লাইরিক কয়ামুকস্মু যুগ অসিদ ইব হৌরি। ঙসিমকস্মু লঙ্কা, বর্মা, শ্যাম, অমস্মুং ভারতদ অনুপিটক সাহিত্যশিংগী রচনা তৌরি। ভারতবর্ষগী চহি খরগী মনাংদ আচার্য্য ধর্মানন্দ কৌশাম্বীন অনুপিটক সাহিত্যগী মপোইবগী খুদোলগ্রন্থক তম্লম্মী। মদুদি অমন বিসুদ্ধিমগ্গ দীপিকা, অভিধম্ম সংগহগী অনৌব টিকা, মসি অস্মুম্বা ১.শুব শতাব্দীদগী হৌদুনা ফাওবদ চৎখিরিব বৌদ্ধ সাহিত্য পুম্নমক অসি বুদ্ধঘোষগী মতুংগী অনৌবা অনুপিটক বৌদ্ধ সাহিত্য হায়না খঙ্গনৈ। মাসকাওবসি পালি সাহিত্যগী শম্লপ্প শক্তম অমনি। হৌজিক ভগবান বুদ্ধগী মরুওইবা পাওতাক খরগী মতদ অমুক শন্নপ্প নৈনদুনা য়েংসি :-

ভগবান বুদ্ধন আদর্শ মানব ওইহন্নবগীদমক্ত শিক্ষা কয়ামুক পীখি, মহুন মীওইবা জাতিগী কল্যানগীদমক্ত ওইরি। মসু পালনা তৌরবদি সমস্ত পুম্নমক্ক মাঙ্গল ওইগনি। পণ্ডিত নেহরুগী পঞ্চশীলগা মরুওইবা য়ুনম্ফমস্মু বৌদ্ধ ধর্ম্ম অমস্মুং ভগবান বুদ্ধন পীখিবা শিক্ষাশিংনি। ভগবান বুদ্ধন মরুওইনা আর্য্য সত্য মরী দশ শীল, অষ্টাঙ্গিক মার্গ অসিনচিংবন মীওইববু আদর্শ চরিত্র শেম্নবা ক্ষমতাকপীরমই।

কত্তব্য শাস্ত্রগী মত মতুং ইন্না বুদ্ধন সত্য মথল মরীগী মরমদ য়াম্না কুপ্না নৈনরম্মী। অহুঙ্গুম্ব সত্য মথল মরী অহু য়াম্না শেংনা খঙলব মতুদ নির্ব্বান (অরানব খুভম) ফংখি। অহুঙ্গুম্ব সত্য মথল মরী অহুবু আর্য্য সত্য হায়না কৌনবগী মরমদি আর্য্যশিংনা মাল্লবু নীংখিনা খঙব ওম্মি। মখোয় মরী অহুদি (i) দুঃখ (ii) সমুদায় (iii) নিরোধ (iv) নিরোধ গামিনী প্রতিপদ। মখোয় শিংগী মরমদ মথাদ শম্লপ্প নৈনরি।

ভগবান বুদ্ধন সত্যশিংসিগী প্রচার অমস্মুং প্রসারদি তৌরম্মী হায়ববু মখোয়শিংসি বুদ্ধন পুথোক্লম্বদি নত্তে। ব্যাস অমস্মুং

বিজ্ঞান ভিক্ষুন অসুম য়ান্না শেংন ফোংদোক্লম্মী :—বুদ্ধগী আধ্যাত্মিক শাস্ত্র অসি চিকিৎসা শাস্ত্রগী লাইয়েং লাইরিককী সিদ্ধান্ত মরীমক অহুম মান্নে। মতৌ অসুম চিকিৎসাশাস্ত্র (লাইয়েং লাইরিক) দ রোগ (অনাব) রোগ হেতু (অনাব পোক্লকপগী মরম) আরোগ্য (অনাব কোক্লনব) ভৈষজ (অনাব কোক্লব হিদাক) মতৌ অসুম দর্শন শাস্ত্রদ সংসার (দুঃখ), সংসারহেতু (অরাব পোক্লকপগী মরম) মোক্ষ (অরাব কোক্লব) মোক্ষ উপায় (মোক্ষ ফংনব লম্বী) হায়রিব মখল মরি অসি সত্য মখল মরী'ন হ'য়ন দার্শনিকশিংন লৌনৈ। মতৌ অসুম মাইবন হিদাক শীজিন্নদুনা অনাব কোকহনব-গুম, জ্ঞানীশিংন উপায় তাক্লুন সংসারগী অরাবশিংসি কোকহল্লি।

দুঃখ—হায়বদি দুঃখ অসি অহানব আর্য্য সত্যনি। পোকপসু দুঃখনি। শিবসু দুঃখনি। বৃদ্ধাবস্থাসু দুঃখনি। শিবসু দুঃখনি। পামদব পোৎ ফংবসু অরাবনি। অপাম্ব পোৎ কায়নবসু অরাবনি। পামদব পোৎ ফংবসু অরাব ওই। অহানব আর্য্য সত্যসি সংসারদ অরাব অসিনি।

দুঃখ সমুদায় (কোয়ন অনীশুব আর্য্য সত্যদি দুঃখসমুদায়—অরাবগী কারিন মরম অসিন অনীশুব দুঃখ সমুদায়দি—দুঃখগী কায়ননি। দুঃখগী কারনদি তৃষ্ণা—থোরাংব। দুঃখগী তংশবক য়ন হায়বদি দুঃখ পোকহনবগী মরমদি তৃষ্ণা (খোরাংবদি)। তৃষ্ণা অসিন মকন্দ অমদি মতম পুম্নমক তৃপ্তি (মপেনব) পিহন দৈ। তৃষ্ণা অসি মখল অহুম ওই—(i) কামতৃষ্ণা, ভবতৃষ্ণা, বিভব তৃষ্ণা। তৃষ্ণা অসি জগৎকী অয়াম্বা মেক্লব অমদি অপনব পীবনি। তৃষ্ণান মরম ওইদুনা নিংথৌন নিংথে, প্রজাগা নিংথৌগ, ব্রাহ্মণগ ব্রাহ্মণগ মমাগ মচাগ, মচাগ মমাগ লাল থেংনদুনা অমদি থংনদুনা লৈ। পাপ কর্ম্ম পুম্নমকী হৌরকফম মসিনি। হুরানবশিংন মসিন মরম ওইদুনা হুরাল্লি। কামুকশিংন মসিন মরম ওইদুনা পরস্ত্রী

সংযম তৌনবা হোৎনৈ। মসিন মরম ওইদুনা ইনাবখুনবশিংনা লাইরবশিংগী ঈ চুপই। মসিবু মরু ফংনা মাংহল্লবতদ অরূব পুম্নক কোকদৌরিবনি।

দুঃখ নিরোধ (নাশ)--অরাব মাংহনব। সত্য অসিন তাক্লি অরাব হায়বসি কোকহনব য়াই। অদুগুম্ব তৃষ্ণা অসিদগী মপূং ফানা থাদোকপগী মমিং দুঃখ নিরোধ কৌই। দুঃখ নির্ব্বানগী অতোপ্পা মমিং অমন "নির্ব্বাণ" কৌই। তৃষ্ণা মাংখ্রবদ পুন্সিংসিদ, হিংলিঙৈগী, মতমদ, মীওইবন ফংলিব অদুগী ফিভম অদুগী মমিংবু নির্ব্বাণ হায়না কৌই। মসি সম্পূর্ণ ওইব শান্তি মমি নি।

দুঃখ নিরোধ গামিনী প্রতিপদ (মার্গ)—অরাব কোকহনবগী লম্বী। মসি মরীশুব আর্য্য সত্যনি মসিন অরাব মাংহনব ঙম্মি। নির্ব্বাণ হায়বসি মী পুন্নমক্কী লমথুংফম্নি। অদুগুম্ব লমথুংফমদু যৌহনবগী লম্বী অদু য়াম্নক দরকার ওই। লম্বী অসিগী মমিং অষ্টাঙ্গিক হায়না কৌই। মখোয়গী মমিংদি সম্যক দৃষ্টি, সম্যক সংকল্প, সম্যক বাক, সম্যক কর্ম্ম, সম্যক আজিবিকা, সম্যক ব্যয়াম সম্যক স্মৃতি, সম্যক সমাধি। অষ্টাঙ্গিক মার্গ লম্বা অসিদ চৎপদগী মীওইব খুদিংমক্না মশাগী অরাবশিংদু থুনমক মাংহন্দুনা নির্ব্বাণ ফংহল্লি। মরম অসিনা মার্গ পুন্নমক্কী মসিন অথোইবনি। বৌদ্ধ ধর্ম্মগী মতুং ইন্না প্রজ্ঞা, শীল, সমাধি মখোয় অহুম অসি মরু ওইব জীবনগী সাধননি।

দসশীল—ভগবান বুদ্ধনা স্বভাব তরাগী পাউতাকশু পীরম্মী--(১) বুদ্ধনা হায়রম্মী :—গৃহস্থশিংনা করিগুম্ব জীবশিং হাৎপ অমাদি হাৎনবগী থবক থক তৌরোইদৌবনি। করিগুম্ব অতোপ্পশিংনা জীব হিংসা তৌরবদি, মাগী মতেং পীরোইদবনি, জীবশিং হাৎপা থিংগদবনি। মতৌ অসুম্ব "অহিংসা পরমো ধর্ম্ম হায়ব পাউতাক অসি পীব হৌখি। (২) মীওইবনা অতোপ্পশিংগী মপোৎ থক

লৌরোইদবনি। মথক্‌ খুদিংগী হুরানব থক তৌরেইদবনি। (৩) বুদ্ধন ব্রহ্মচার্য্যদ অকনব খোংথাং চংশিন্নবা কন্ন তকশিল্লম্মী। বৈদিক ঋষিশিংসু মতম পুম্নমক্ত ব্রহ্মচার্য্যগী মতিক মগুণ শক-লম্মী। ব্রহ্মচার্য্য পালন তৌননব অকনব পাউতাক পীরম্মী। (৪) মীওইবন মীনম্ব রা থক হংলোইদৌনানি. অতোপ্পশিংদসু থক হংহল্লোইদবনি। বৈদিক ঋষিশিংনসু সত্যগী মগুণ শক্লম্মী। অদুন "সত্য বদ, সত্যান্ন প্রমাদিতব্যম" হায়ব রাফম অসি থনম্মী। (৫) মীওইবন কদোইদসু মযাইকাব পোং পোং থক শীন্নরোইদৌবনি। অতোপ্পা শাদসু থক নোশা পীনক্লোইদবনি। বুদ্ধন যু, মাংসনচিংব নয়াইকাব পোংশিংদগী থাপ্ন লৈনব হায়রম্মী। (৬) নৃত্য, গীত নচিংব থবকশিংদ হেন্ন পুক্নিং চংদনব হায়রম্মী। (৭) হকচাংদ লোইদাক্ত নমম মুংশিব পোং তৈব, ফজব লৈতেংনচিংব শীনজু য়াম্ন কন্ন থিংলম্মী। (৮) অহিংদ পোং চাবজু থিংলম্মী। (৯) অরাব নকমদ তুম্ব, থিংতুন, লৈবাক্ত তুম্বু অংথাইবনি হায়রম্মী। (১০) সনা, রুপা, শেল থুম য়াম্ন থম্বদগী থাদোক্ত লৈননব পাউতাক পারম্মী। অদুন্ন বুদ্ধন মীওইবজাতিগী মঙ্গলগীদমক্ত মথক্কী দশ শীল অমসিগী পাওতাক অমসুং য়াথং পীরম্মী। তশেংনমক বুদ্ধন মথক্কী শিক্ষা শিংতন লৈখা তারব মতম অদুগী সমাজবু কননিরম্মী। বুদ্ধগী অসিগুম্ব আদর্শ ওইব পাউতাকশিংসি লৌবদ তঙ্গাইফদবনি।

শন্ন হায়ব তারবদ ঐখোয়না হায়ব ঙম্মি, মখুদি ভগবান বুদ্ধন আর্য্য সত্য মথল মরী অসি মীওইবগী পুন্সিদ য়াম্নমক মরু ওইব মফম লম ওইন থনম্মী। মসিগী [illegible] শিক্ষাশিংসি মীওইব জাতিগী মঙ্গলগী [illegible] মসি মায়থোক্পা কান্নবগীদমক্ত মরু-ওইব সাধননি।

Reference Books :—

Kei.h —A History of Sanskrit Literature.

(1) Macdonell —A History of Sanskrit Literature.

(2) Winternitz —A History of Indian Literature

(3) Baldeva-Upadhyay—Sanskrit Sahityaka Itihas

(6) Khemachandra Suman —Sahitya Vivechan.

(5) Vishwanath —Sahitya Darpan.

(4) Mammat —Kavya Prakash

(7) Jagannath —Rash Gangadhar.